# উমং লাই খুন্দা

ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা
কমিটিগী থা ৩/৩গী উমং লাই
অমসুং ইনাংকী ওইবা
চেকোং




সম্পাদক :— খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
"পণ্ডিত" "ফেলো" "সাহিত্যশিরোমণি" "পারঙ্গত"
"শিক্ষণ কলা প্রবীন" "শিক্ষণ পারঙ্গত"
"জ্যোতিষ রত্নাকর" "ট্রেণ্ড রাইটর"

৩শুবা চহী — মশীং
মমল লুপা ৩·০০ — ১১/১২শুবা
সেপ্টেম্বর/ডিসেম্বর
১। ১২ ৮২ ইং
Regd. No. D/C (C)/10/60/J/78

# হিরম-লামায়

## উমং লাই থুন্দা

### ১১/১২ বা

# মৈহৌরোল

অয়িব—মোইরাংথেম নরেন্দ্র

খোংমন।

ইনাহন পৃথিবীদ ঐখোয়গী ইসক তাকপগুম সাগৈ অমবু, মী অমবু ময়তয় লৈবাক্তা ইসক তাক্কে হায়রবদি মৈহৌরোননা তাক্কদবনি। মৈহৌরোল নত্তুন সাগৈ অমগি, মী অমগি হওরকফম অকুপ্প খঙবা যোই-থোক্কে। মরম অসিদগি ঐখোয় ময়তয়না মৈহৌরোলবু লুন তৌনবনি। মসিবু ঐখোয়না পুয়া হায়নসু খঙনৈ। পুরানসু হায়নৈ। মসিবু অতোপ্পা মীনা পুরান হায়বদ চিংনৈ। তৌবসু মসি বেদ ব্যাসকি পুরান ১৮ অদুগি মনুং চনদে। হিন্দু অয়াম্বনসু বেদ ব্যাসকি পুরান ১৮ অদুতবু পুরাম্নি হায়না নিঙৈ। ময়তয়নদি মৈহৌরোল অসিবু বেদ ব্যাসগি পুরানদগি হেনন লুন থম্মী। য়েংবদ অমদি পাবদ থুমিং থা য়েংনৈ। ময়তয়না পুরাননি হায়দুনা চেংনা, লুন থমনরিব লাইরিবসিংগি মনুংদ মরু ওইবদি (১) লয়সেমলোল (২) নোংসেমলোল (৩) লাইরোল (৪) নিংথৌ-রোল (৫) মৈহৌরোল মখা অসিনি। লোল মখা অসিগী মনুং চনদবা লাইরিক্তি পুয়ানি, পুরাননি হায়না লৌনদে। পুয়া পুরান কৌনদে। অদুগ বেদ ব্যাসনা ইরম্ব পুরানসিং অসিসু মুনন য়েংলবদি হায়রিব লোল মখা অসিদাগিদি হেন্দোকনা ইবা উদে।

লোল মখা অসিগী চাউরাকপ মনুংগি ওইবা বারোনদি— (১) লয়-সেমলোলদনা অসীবনা মালেম সেমলগ তাইবঙ পানবা জিব পুম্নমক লৈহনখিবগী ৱা ইরি। (২) নোংসেমলোলদনা অতিয়া কোক সিদবনা মথম্মত

লৈরম্বদগী লয়সেম্ব মতম নিঙসিংলক্লুন "উম্" হায়ব পোন্‌জেন্‌দগী চুম্‌থাংগী মসক্ থোক্‌লগ থক্-খা থায়দোক্লুন লম্নরোল্ নোংলোল্ সেম্‌খিব অমদি হুমিং থা থোরান্‌মিংাক্ অসি করমন অমগ অমগ মরী লৈনব হায়ব অত্থু ইরি। (৩) লাইরোল্‌দন লাই পুম্নমক্কি মরমদ, লাই অসিন করমন কনান পোকই, কনান কনাগা নবী লৈনব, কনান কনা য়োইখিব, লাইগী নিংথৌ কনা কনানো, লাই বনান কবি তৌখিব কনান কনানো কদাইদগী অমদি কদোমদগা লাব্‌প, কদাইদ চংখিব অস্থুম তৌন লাই পুম্নমক্কি খুন্‌দারোল্, তাইবঙন নিংথৌ রোইন পান্-খিব অসি পুম্নমক তোপন তোপন লাইরোলদ ইরি। (৪) নিংথৌ-রোলদা নিংথৌ কনান কনা নিংথৌ পোক্‌ই। মহাক্‌থক্ত করি করি তৌখিব অমদি লয়বাক্কি থোদোক্ (রাবম্) অত্থু ইরি। (৫) মৈহৌরোল্ হায়ব অসিদি ময়তয় ঐথোয় ইসাগিত রোইব, সলাই থায়ব, করম্ব সলাইন কদাইদগী লাকপ, কনান সলাই অত্থু হৌদোকলম্ব, কনান করম্ব সলাইদ চঙ্‌খিব হায়ব অত্থু খঙনব লাইরিকনি। পযা পুয়া হায়ত্থুন লৈরিবা পুম্নমক্তগি মৈহৌরোল পুয়ান ময়ামলে। সলাই পুম্নমক্কি, সাগৈ পুম্নমক্কি পুয়া লৈ। লৈনরিব (পুরান) পুয়া পুম্নমক্কি মথক্ত ময়তয় লয়বাক্কি রোইব, সলাই পুম্নমক্কি হওরকফম, সলাই অত্থুগি মনুংদ লৈব য়ুমনাক, য়ুমনাক অমগি মনুংদ কাঙলুপ কয়া থোক্ক থায়দোক্লুন পিবা কয়ান পাল্লিব, কাঙলুপ অত্থুন করম্ব পিবাগি মখাদ লৈব আসন চব খঙনব নিংথৌগি পুয়া, পুরান থরম্থু লৈ। মত্থুবু ময়তয়ন সনা পুয়া হায়ন খঙনৈ। পিবা মসিঙ হেনগৎলকপগি মতুং ইনন পুয়াসি অনৌব অমুক মথা তাথব মতমদ নিংথৌসিংন মমিং তোঙান তোঙান থোল্লী। মরম অত্থুদগি সনা পুয়াসিং অত্থু মমিং মাননদে। থাগেম্বগিন চেথোঙনি। গরিবনিবাজগিন নোংপ্রঙ্‌নি। জয়সিংগিন লাংথবান লোল্‌নি। অত্থুগা চন্দ্রকৃত্তিগিন সঙ্গাই ফমমাঙ্‌নি। অস্থুমন নিংথৌসিং অসিগি সনা পুয়া মমিং মামদে। তোঙান তোঙানব, পুয়া থমনৈ। পুয়া মরি অসিগি

মথাদগিদি নিংথৌসিংন পুয়া ইত্রে। মসিন মরম য়োইদুনা হৌজিক ময়তয় লয়বাক্তা য়েক্ সলাই মসক খণ্ডদব, য়ুমনাক খণ্ডদব লৈরিবনি। হৌজিকি মতমদ য়েক সলাই মসক খণ্ডদব লৈ হায়বদ অঙকপ য়োইনা খোকপ য়ায়। মসি ওনকম থেক্তে। মখোয় অদুগি মৈহৌরোল ইগে হায়রবদি মথক্কি পুয়া মরি অসিগি মতেঙ নস্তুনদি অতৈ পুযানদি য়োইথোক্কে।

অতোপ্পা বাকম অমন— হৌজিক কালগি নহারোলন মৈহৌরোল হায়বনী, মীহওবোল হায়নি হায়ব কাংলুপ অমী লৈব উই। বাহৈ অমী অসিগি মচা থায়ব মরমদ য়েংজাসিংন তাকপিব মত মতু ইনন য়েংলবদি মৈহৌরোলন ময়তয় লয়বাক্কি বানি। মীহওবোলন প্রাণবীগি বানি। গুরুগি:—অতিয়াকোক সিদবগি য়াথং মতু ইনন অসীবন লৈবাক সেম্ব লোইরবদ তাইবঙ অসিদ পাননব থবাই পানব সেমলকপদ সেমলিব অদুন মমু' য়োইব য়াররোই হায়দুনা গুরুন মনি উত্তুনা মী সেমখিব অমসুঙ গুরুগি পুকনুংদগি থব ই পানব ময়াম হৈদোক্তুনা পুথোকখিব অদুন মী হওরকপ, মীহওব লোল, মীহওবোলনি। মৈহৌরোল হায়বগন ময়ত্র-বাক্কি চংনবিদ সাগৈ অমগি মঙ্গ দ লৈব কাঙলুপ, কাঙলুপ অদুদগি ফুরুপ, ফুরুপ অদুদগি ফুঙ্গা, ফুঙ্গাদগি পু, পু অহনগি ফুঙ্গা, পু য়াইমগি য়ুঙ্গা অমুমন ফুঙ্গা অমমম লিঙখিবগি মরম অদুবু মৈহৌরোলনি। মৈহৌরোল হায়বদি য়ুম হোংদোক্তুনা, ফুঙ্গা লি হুন ফুঙ্গাদ মৈ হৌখিব অদুবু মৈ হৌব লোল—মৈহৌব লোল=মৈহৌরোল হায়বনি। মৈহৌরোল হায়রগ মচিন মনাও মথং মথং থাইদোকখিব অদুতবুনি হায়বসু য়ায়। মপা অমগি মচাসিংন মথং মথং ময়ুম তোঙান তোঙনন থাইদোক্তুনা মী সন্-দোরকপগি মরমদ ইব লাইরিকপু মৈহৌরোল হায়নিসু তাকপিরম্মী। মৈহৌরোলগি মরু য়োইব মরোনদি ঐথোয় অসি কনা কনান ইচিন ইনাও, ইপা ইচা, পু কনাগি মচা মসুনো হায়ব অদু খণ্ডহনগে হায়বনি। সাগৈ অমবু, মী অমবু কনানো হায়ব খণ্ডগে হায়রবদি মৈহৌরোল য়েংব তাই।

মৈহৌরোলসি সাগৈ খুদিংগি লৈফম থোকপ লাইরিকনি। অদুনদি মী খুদিংমককিস্থু মৈহৌরোল লৈব তাই। অদুন মী অমবু লয়বাক্তি বোইব অচৌব ফম থিনদোকপদ মৈহৌরোল থিনৈ। পাৰী পুৰী থিনৈ। সাগৈ অমগি অমদি কাঙলুপ অমগি লায়রিক রোইদুনস্থু সাগৈ অমন অতোপ্প সাগৈ অমদ সলাই মানরবস্থু মাননদ্রবস্থু চঙখিব য়াওরি। সাগৈ মাননব পুম্নমক সলাই মাননগনি হায়বগি বাস্থু লৈতে। অদুগ সাগৈ মাননদে হায়দুনস্থু সলাই মাননরোই হায়বগি বাস্থ লৈতে। সলাইস্থু সাগৈস্থু মানদব মীন সলাই অতোপপদ চঙখিবস্থু লৈ। মদুবু সাগৈ ধদুন অত্তাংব হায়ন থঙনৈ। অসিগুম্ব অতাংব অসি নি থৌগি য়াথংনা অমদি মুং-সিনবদগি চংখিবনি। অসিগুম্ব অতাংব অসিবু কাঙলুপ অনদি সাগৈ অদুন তুংদ থঙহৌনব মৈহৌরোলগি তোঙানব খুংই লৈ। মদুন মী অদুবু অতোপ্পনি নত্রগ অতোপপ সাগৈনি হায়ব হেক্ত থঙহল্লী। মদু পুম্নমক্ত মগুং তান ঙখনব কৈথী, কৈকোই, কৈফং অমস্তুঙ মিতু তিংসাং হায়ব লাইরিক থরস্থু লৈরি। লাইরিক থর অসিদি নিংথৌগি মমাংদ পানদে। অদুন সাগৈ অমস্তুঙ নিংথৌন থঙবদ থর বাব লাইরিকনি। হওরকফম মপপ মী পুম্নমক হায়রিব লাইরিক থর অসিদ লয়বাক্তি বাইন পণ্ডিত লোইসঙনা চনখংলি। লাইরিক থর অসিদি লয়বাক্তি পণ্ডিৎতন পায়নৈ। মখোয় অসিগি মপানন পণ্ডিতন মী অমগি, সাগৈ, সলাই অমগি সাগৈ, সলাই অমগি হওরকফম হায়ব ঙমলিবনি। সাগৈ থংনরগ সনা কোম্নুং পণ্ডিত লোয়সঙগি বান অচুম্বনি অমদি অরোইবনি হায়বগি মরমদি লাইরিক থর অসিগি মতেঙননি।

সনা পুয়াগি মরমদ সাগৈ থঙব সাগৈ থঙদব হায়বগি মরমদ মীয়াম্ন চিংনব পোকনৈ। মসি থোইন চি নফম লৈতব বানি। মরমদি কৈথী, কৈকোইদ মসা, মসান বোইখিব অদু মতম মতম অদুদ ইদুন লৈবনিন অমদি সাগৈ সাগৈন মসক থঙন মৈহৌরোনদ ইদুনা লৈব মসেম্নি। সাগৈ অদুগি মৈহৌরোনদ মচা তান ইদুনা লৈনরিবনি। নিংথৌন, পণ্ডিতন

পণ্ডিত ইব য়াব নত্তে। অতুগ সনা পূয়াবু নিংথৌ শিংথৌগি তোঙাম তোঙান থম্মী হায়বদ মীয়ম চিংমবস্তু পোকই। মসিস্তু চিনফম লৈতে। হায়রিব নিংথৌ মরি অসিগি হাকথক্ত মংত্রবাক্ত অরোমব ফর লৈবমনি। "হারম" হায়ব বাহৈ অসি নিংথৌ মরি অসিগি হাকথক্তনি। লালদ মাঙ্-শিব অমদি অরাকপ অতু মতম মতম অদুদ থিগংতুন ইথিবগি বাঙনি। অসিগুম্ব থিগত্তুন ইখংপ মতাং অসিদ কয়, লোই, হাও, ময়াং কর্বা সাগৈ সনাই লৈহনখি। অদুমন য়েক সলাই থাংদোকপদ নিংথৌব চানবিতুন মখোয়বু নিংথৌগি ফলাইদ চংহনখি। মখোয়গি মৈহৌরোলস্তু নিংথৌচা সলাইগি মৈহৌরোলগ মানানইনখি। অতুম হারম অথংমব নিংথৌচা সলাইগি যেকম য়ামলিবনি অতুবু ময়তয়ন মরবাক, মীরৈবাক নিংথৌচা হায়ন শঙই।

মৈহৌরোলবু চিনব মী, অমদি সনা পুয়াবু মসাগী যেংতুন নিংথৌশিংন পণ্ডিত থরগ ইননি হায়ব অমদি নিংথৌগি ফমথাংদ লোনম ইবনি হায়ব যাঙই। সনা পুয়া সেম.ল হায়ন নিংজবস্তু সাগৈ মৈহৌরোলদি খোইথোক্তে মসান মসাগি য়ুমদ লৈজবমি। সেমদোক সেনজিনগি থা লৈরবস্তু সাগৈ থন্তুন ইব ভাক্তনি। থুদম রোইন হায়রবদ কাঙ্গুজমগি মৈহৌরোলদ মখোয়বু নাওথিভংখোঙগি মচা মস্তুনি হায়রি। মচা মস্তু খোইন হরি। অতুগুম্ব থুমনস্তু মখোয়গি মৈহৌরোলদ লুবাংগি পুকোক পোইরৈতোনবু থুরমম হগে হায়রি। পোইরৈতোমম পুকোকনি হায়রে। মসি সাগৈন য়াত্তুম ইবনি। মখোয়গি মৈহৌরোলদ কনানস্তু নমতুন ইথঙি বাকম লৈতে।

মৈহৌরোলদি সাগৈ থঙদম ইন সুপয়া য়াদে। কনাগুম্ব কয় লোই অমবু নিংথৌগি য়াথংন অমদি পুংসিমদ চনখিব অতু থঙমব মৈহৌরোলগি থুংই লৈ। থুংই অতুগি মরু খোউব পাম্মদগি মচা তান, হেক লেংবদ মীয়াম থঙবব থুংইনি। অতাত্ত অমবু মপা মমা অতুগি মচা নত্তে, লোকচাবগি হায়ব থঙমবদ "গ" নত্রগ "অতুগা" হায়ব বাহৈ অসি অতাও

অদুগি মমাংদ সিজিন্নৈ। পু অমগি কাঙলুপত পু অমগি কাঙলুপ চন-সিনবস্থ য়াওবি মহুবু সাগৈ অদুন "লাপান" হায়ন খঙনৈ। মসি সলাই মাননদব সলাইদি খঙদব কাঙলুপন চঙবদস্থ হায়নৈ। মসি মৈহৌরোলগি শান। সনা পুয়াদন মুপী ফত্তব হাংবদি ভুমন, লুপ্পা অমদি য়ানদব লওবনি হায়ব খঙনবন "মুং" হায়ব বাহৈ অস সিজিন্নৈ। "নোনব" হায়ব বাহৈ অমস্থ লৈরি। মসিদি পিবাতদ সিজিন্নৈ। "নোঙ্গ্রে" হায়ব-বদি পিবা অহু মুপী ফত্তব লওবদগি পিবা রোইদ্রে হায়ব তাকপনি। অস্থমন মৈহৌরোলন মী অনগি, সাগৈ অমগি অসে ব মসক তাকনব হোৎনৈ। অদুন মৈহৌরোলসি ময়তম্বন অসে ব লাইরিকসিংগি মফুংদ অমনি হায়ন সিঙথানৈ। পাবদ সনা লুপ বস্তুন খুমিৎ থা য়েংন পানৈ।

মৈহৌরোলতন মী অমগি, সাগৈ অমগি মসক তাকঈ। মৈহৌ-রোলসি সাগৈ অমগি মী অমগি ইতিহাসনি। লয়বাক অমদ ইতিহাসন কান্নব অমদি মথৌ তাব অদুক মৈহৌরোলন সাগৈ অমদ মী অমদ মথৌ তাহ। মৈহৌরোলদ মীরোইব অসি লাইদগি হায়বাদ অতিংকোক সিদবদগি তেকু সমথদুন ইদে। মমা লৈতব লাইদগি সমথদুন ইব চৌর। মথুন লাইবেল লোল পীনাইদব হায়। মথোয় অদুদি ভিলায়-রেল, খাম্নিরেল, লাইয়িরেল লিলতাওরেল অমদি তাউরোইনাই হায়ব লাই মঙা অসিনি। লাই মঙা অসিদগি মমা লৈব লাই মঙা অম অমুক সমথরকই। মথোয় অদুদন লাইরেলবোল পীনাইব হায়। মথোয় অদুদ (১) লয়কক লয়য়ারেল চমুন লৈসংলেল অসংব (২) লয়তোং-লেল চমুন লয়তোংলেল তভোঙব (৩) লয়কুরেল চমুন লয়তংলেল লিনতাং সাংব (৪) কোনকু লয়কু চমুন কোনসোরেল (৫) লয়য়েক লয়খোং চমু কপত্রেং সনত্রেং লাই তরুক অসি সমথরকই। মসিন মৈতে রোল সকোক অমস্থঙ মৈহৌরোল মীপীরেলগি বানি। মৈহৌরোল অয়াপ্পদস্থ মথাক লাইরোল অস লোইন ইনৈ। অদুবু মৈহৌরোল পুকোক হায়ব অমদাদ লয়সিরেলনে, নোংকোললেলনে অসিন লাই

অয়াম্ব পোকয়ে। লয়সিরেলন লাই অয়াম্ব পোকয়ে। লাবনে হায়ন ইরগ মথক্কি লাইরেললোল পীনাইদব মচা অসি ইপন্নকই। অতুগ তিলয়িরেলন মী পোং পোকয়ে। লায়য়িরেলন সরাং লমসা থেম পোকয়ে হায়না লমসাংথেম লোল ইথে। অতৈ মৈহৌরোলদ দ ঐখোয় মীরোইব অসি লাইরেনলোল পীনাইদব লাই মচা অসিদগি হুৎব বাইন উৎলী। অসুমন সমথরকপ অসিদগি হৌজিক্কি ময়ত্রংবাক্তু লৈরিব মী কাঙলুপ অসিবু রোইহল্লি। কাঙলুপসিং অতুদি সারাং, লময়সাং, হাওরোক কোনথৌ, থুনক্কম ঙাঙচেং, থাঙঙ কমবোঙ, বুরোগ বুসাই, হাংশো লোকথা, হয়রেম খুনজান, লেয়া খোঙনাং, মানতিঙ মোয়া অসিনি। হায়রিবা মী কাঙলুপসিং অতুগি মকোক অমমম নাইন মসা থাই-দোকখিবা অতুবু সাথাই, সাগৈ হায়ন খঙৈন। সাগৈ অসি থবক অমদি থৌবো গি মতুং ইননা রোই। সাগৈগি মকোক অসি সলাই অতুগি মকোকনা রোই। সলাইগি মকোক অতুন কাঙলুপ অতুগি মকোকনি। সলাইগি মকোক অতুন য়ুমথুরেলনি। য়ুমথরেল অতু সগৈ অতুগি পিবানি। পিবা সিদি পু অহনগি ফুরুপতন রোইগনি। পিবাগি মতাংদ নাওদা হায়ব য়ারোল অম লৈ। নাওদা পিবা হায়রবদি নোল্লব এতম নাওদা পিবা লৈগনি। মসিগি চৎনবী থয়া লৈ। পিবাদি সাগৈ অহননা রোইব য়াদে। পু অহন্গি অহন্ন রোইগনি।

সলাইদগি সাগৈ তাবগি মতাংন, নিংথৌচা সলাইগি য়ুমথুরেলদি, পিবাদি নোংদা লাইরেল পাখঙবনি। পাখঙবগি কাঙলুপতগি নিপান সুব নাউফংবন সামৈরাংনে থমংলাংনে মচা অনী পোকই। সামৈরাংন নিংথৌ বাই। মাগি মচা মতুন, ধারান নিংথেম ময়ুম রোই। থমংলাংদি নিংথৌ রোইদে। মাগি কাঙলুপন য়েংখোম রোইথি। অসুমন সাগৈ তাখিব অসিবু সলাই য়ুমচংব কৌরি। মৈহৌরোলগি মতুংদ সলাই য়ুমচংব, সলাই য়ুমসেংপ অমদী সলাই য়ুমদাব হায়ব তোঙানব লাইরিক অহুম অমসু লৈরি। লাইরিক অহুম অসিগি মান-য়ুমচংবন

সাগৈ বোনখিবা রা ই, য়ুমসেংপন সাগৈ থাইদোকুবগি হায়বদি মী য়ামললকপগি, য়ুম মাংনদব, থবকি মতৃ ইন্ন সাগৈ হো দোকপ অসিগি মরম্ ই। সলাই য়ুংদাবন লম্ তোঙান তোঙান হৌংখিবদ লম্ লম্ অহুদ মী অহুন তাখি হায়ব তাকপনি।

হৌজিক মনিপুরদ লৈরিব মীসিং অসি কাঙ্লুপ অনী থেকুন খায়দোক্‌পা য়াই। মখোয় অহুদি হান্নগী মযত্রবাক্কি মী, কোন্না লাকুপ ময়ত্রবাক্কি মী অমুমন মিংয়েং অনী থোকন খাযদোকপ য়ায। কোন্ন লাকুপ মীগি মমুংদসু মথল অনী থোক্না অমুকসু খায়ব য়ারি। মহুদি নোংপোক্ হারম্ নোংচুপ হারম্ অনী ওসিনি। তমদ লৈব মীগি য়েক সলাই লৈবগুম্ চিঙগি মীদসু য়েক সলাই লৈ। চিংদা লৈব মীগি মমুংদ য়েক সলাই খঙ্দব কাঙলুপ অহু অনৌব চিঙ্মীনি। চিঙ্দ লৈরিবসিংসি মমুংদ কবুই অরিব, মরিং অমসুঙ তাংখুল্ মখোয অসিদি মৈহৌরোল্ লৈব কাঙলুপনি। কবুই অরিব অমদি মরিং মখোয় অসিদি সারাং লয়্সাংনি। তাংখুলন খাব অমসুঙ অঙোম্নি। মখোয়-সিং অসিগি মবক্ত পোইবৈতোন্গ লোয়নরকপ লুরাংসু য়াওবি। চিঙ্গি কাঙলুপতদি তম্গি কাঙলুপ কুমন মচা খায়ন কুপথন খঙলসু অদো হৌজিক্কুদি বারে।

চিঙগি কাঙলুপ থাদন হৌজিক্ তম্দা লৈরিব তোঙান তোঙানব য়ুমনাক্ সাগৈ রোইন মৈহৌরোল্ লৈব, সমা পুয়াদ মসিঙ থারব চাউ-রাক্ন নিংথৌচা য়ুম্নাক্ ১১৭; অঙোম য়ুমনাক ৫০; খুমন য়ুমনাক ১১০; লুরাং ৫৭; মোইরাং অরিব ৫১; মোইবাং অনৌব য়ুমনাক ২০; চেংলৈয় ৪০; খাব ৩; ঙান্থ ২২; বামোন ১১; লাইরিক য়েংবম ১৭; ক্ষেত্রি ১৪; শাঙন ১১, কৈশম ১, নোংপোক হারম য়ুমনাক ৩৩, নোংচুপ হারম ১৩৭ লৈ। মসিদ পিরিব য়ুমনাকি অসিন মরতর লয়বাক্ত লোইরে হায়ব নত্তে। মখোয় অসিদি মথক্ত হারখিব লরবাকি খৌইব পুরা মরি অহুদ য়াওব য়ুমনাক অহুঙনি। অহুগ খাব সলাই অসিদি

য়াম্ন খেনন উগনি। খাব সলাই অয়াম্বদি নোংদা লাইরেল পাখঙবগি লানদ ওবগ্রুনদ অয়াম্ব চংগ্রে। খাংজ্রাকপমন নিংথৌচা সলাইদ চংগ্রে।

মৈহৌরোল নৈনবদ খুনথোক অমদি হারন হায়ব রাহি হেক হেক থেংনৈ। মসিগি রাহন্থোক্তি মখোয় অসি ময়ত্রবাক্ত নৌন লাকপনি হায়ব তাকপনি। চেংলয়, খাব, মোইবাং মখোয় খর অসিদি খুনথোক নৈতে। মখোয় অসিদি ময়ত্রবাক্তি হ্নানন লৈব মীনি। অঙোমদি খোঙহও, খোইরা অমস্তুঙ খুনথোক হায়ব মখল পুন্নমক হুনলৈ। লুবাংন লুবাংলোল খোঙগুন হায়ন লৈ। খাব নত্তন অতৈ সলাইদদি অনৌব মী চংখিবগি রা লৈ। অঙোমসিদি রাখন খনিঙাই রোইব মরম য়াম্ন লৈ। মসিগি খোঙহও অমদি খুনথোক মুনন য়েংবদ মীগি পুকনিংদ অমমব খর খর হেক্ত লৈহল্লি। অঙোম য়েক নত্তব অঙোম সাগৈ অসিমককি মনুংদ খোইরা, খোঙহও, খুনথোক অমদি অঙোম লোল নৈনবদ য়াম্ন মুঙাইব রাফম য়াওরি। অঙোম অসিবু করিগি খুনথোক নৈরিবনো হায়ব রাহং লৈ। মখোয় অসিদি সোরারেল ফমথোন ফংব ময়ত্রবাক্তি নিংথৌরেলনি। সলাই অসি মুনন খিরবদি ময়তয়ন হায়ব রাহৈ অসি মখোয়গিনি হায়ব য়ায়। অদুগ মখোয়ন করিগি খুনথোককি রাফম নৈরিবনো? মখোয় অসিগি পুকোককি মমাস্তু লাইয়েক লাইখোঙ চম্নুনি। মখোয় অসি লিবদ হায়রবস্তু সৌবোল লওতারোল অঙোমগি রানি। সপাইবগি রাস্তু সিংখানৈ। অনৌবগি রা হায়রবস্তু মীন অহোমনি, অসামনি হেক্ত হায়। মরম অসিদগি ফংবদি অঙোম অসিস্তু নিংথৌচা সলাইদ নোংপোক নোংচুপকি, হারমগি সাগৈ নৈবগুম অঙোম অসিদস্তু হারমগি মী নৈবা তাই। হারমদি মচেৎ পিকন পিকন লাকপনি অমদ অমদ পকখিব, চংখিব ঙাক্তনি। মখোয়দি ময়ত্রবাক্ত চাউন মমি তাদে। চাউন মমি তাদুন পকসিনব নপাসিনব তৌদন নৈরিবসিদি চিঙঙ্গুরেম্বী খোঙলুপ অমস্তু চকপ অসিনি। চিঙঙ্গুরেম্বী খোঙলুপতি মখোয়গি মৈহৌরোলদ চিঙঙ্গুরেম্বীগি মতুং ইল্লকপনি হায়ন নৈথে। মখোয়গি মরী মখোক্তি অসেংব খঙন নৈরে। চকপগিস্তু

তোঙান তোঙানব, মৈহোরোল খুনদা খুনথোক লৈ। মখোয় অসি হেক য়েংবদ চৈনেনব থর থেংনৈ। ময়তয় লয়বাক্কি কাঙলুপ অমদি মৈহৌরোল নৈনবদ চকপ হায়ব কাঙলুপ অসি পনদব য়াদে। কাঙলুপ অসিবু ময়ত্রবাক অসিদ খুন তাবনরা? নত্রগ মখোয় অসিবু ময়ত্রবাক্কি হাননলৈরব মীর হায়ব অসি মী অযাম্বন খঙনদে। মখোয় অসিন খুন তারব বোইরগন করম্ব মতমদগি লৈরকলবনো অহুগ হাননগি মী বোইরগন ময়ত্রবাক্কি অহানব মীগ করি মরী লৈনব হায়ব অহু খঙনদে। মখোয়বু লোই হায়রিবন করম্ব মতমগি লোইনো হায়ব অহুসু মী অয়াম্বন খঙনদে। মখোয় অসিগি লৌচৎ য়েংবদদি চিঙগি মীগ চাকচা য়ুথক মান্নৈ। অহুম্নদি বোইরগ মখোয়বু চিঙমীগি কাঙলুপত চনবদি য়াদে। মখোয় সিবদ মৈ থাবা কাঙলুপনি। মথৌ য়াংগেনব ময়তয়গ মানৈ। লাইনিঙ লাইসোন ময়তয়গ মান্নৈ। সোরারেল, সনামহী, পাথঙব নিঙতৌ। মখোয়গি য়েক সলাই, সাগৈ লৈ। মখোয়গি খুনদা খুনথোকসু অহুম ময়। কাঙপুপকি মতাংদ অনৌ অরি খায়। কাঙলুপসিগি খুনদা খুনথোক্ক চৈনেনব থর লৈ।

চকপগি খুনদা খুন্থোকলোলগি মতাং হেক নৈনবমক্ত বোক্সাসিংন "চকপদি অরিবনি মীদি অনৌবনি" হায়ব অমসু তাকপি। অহুগ চকপ-সিংগি মমুংদসু অরি অনৌগি বা লৈ। অহুগ খুনদা খুনথোককি মতাংদন চকপ তিসাংদি খুনথোক লৈতে হায়। অহুন চকপগি মৈহোম্নোল, খুনদা খুন্থোকলোলগি মতাং অসি য়েংসি— চকপরোল পীনাইদবদি সৈরাংনে, নোংকুনে, নোংকুবৈলনে, লেম্বনে, পিপিনে, পীথ্রাই তেংকোনে, নাইমুং চবাইনে, নাইমুং চিনতানে, হরিনে, হরানে, ১১ অসি পীনাইদে, মমা লৈতে। পী নাইবদি মিচিকন মিমিসোম, সেনাংন মেনোয়, কনাংন কোনসেঙনৈ। হায়াংসান হায়াংসি, কাসকন কাসু, কুরুংবন কুরুংবী, মীহোকন মেংমু, সারোঙখুন সারোঙহল, নারোঙখুন নারোঙহন, চাওরিবীন চাউরীব, কমসিতোঙন কমসিবী ১১ অসিদি পী নাইবনে। "চকপরোল।" চকপ খুনদ খুনথোককি বান—অহানব মমাঙঙইদ পাম্লম্বদি হয়িচক কৌব চক

অহুদ চকপন পাল্লমমে। অসি মতুংদ খুল্লং চক কৌব চক অহুদ পাল্লখদি সরাং লৈসাংশেনে। খাব ভানখন পাল্লে। অসিগি মতুংদ সাংব চক কৌব চক্ত পাল্লখদি খুমন লুবাংন পাল্লম্মে। + + + নিংথৌ যোইরম্ব মথোয় অহুদি সোরারেল অহুমম কৌবে। সোরারেল অহুমম অহুন কোয়ন চাইথোকখিরে হায়বগিবু "চাইবী খুনদা পুন্ডবো" হায়ম কৌবে। + + হৌজিক্কি সোরারেল চকপ পোকপবু খুন্নমন চকপাখোল হাযগে। চকপনে, তাংমনে, পং ককনে, চিকচিকপনে, লওপানেমে, সরাং নৈ, সরাং নোংকুরেল অচিবনে তংখম অসিদি লাইরেলদোংশান। অসিগি মথংদ অমরক সরাংন পোকপাদি—চকপনে, তাংবনে, কাসিনে, হুবিনে, হুরানে, নোংলোলনে, নেংখ্রে, মেনোংমিংনে, মেনাংমিংনে, অমেংমিংনে (হমেং-মিংনে) তরাম আসনে। অসিগি মতুংদ অমরক্ত সনদোকপদি সরাংনে, কাসিনে × × ১১ ম অসিনে। মথোর্য অসিগি চাগোক্কি অহানবমক্ত হানন খুনকুমলকপদি সোবারেলদগি মোংব য়োম্নসকইদ তারকয়ে।

চকপ কাঙলুপ অসি অমন চৌনগি সরাং নো ফুরেলনা কখবাক অসিদ লৌই চনব লাকপদ লৈহৌব কাঙলুপকি চকপ অম অহুগ চিঙথোঙ পোক-বৈতোনগ লোইনবকপ চকপ কাঙলুপ অম অমুমন অনী অমস্থ ফংই। মসি নত্তব চকপ তিংসাং হায়ব কাঙলুপ অমসিন মথোয়গি তি সা লোল হায়ব পুঙ তিংবগি মরমদ ইব বাবোল অমস্থ লৈ। মথোযগি মবমদ তিংসাংলোল য়েংসি— লোয়রেমচমদি মিয়াংচমনে। লেংখরম ভগগি লোয়রেলচম কৌবে। পুঙদি হাওবম চিনদগি থোক্কুন য়াল্লে। উদি চিঙ য়েমসিল্লে। অহুগি পুঙলিস্থ পুঙমাযস্থঙ লাইরেল মখুনন খোইয়ে। পুঙ অহুবু তিংদরিঙৈদি লামচিন হাও কৌয়ে। পুঙ অহু তিংলবগ তিংসাং কৌবে। × × × তিংসাংলোনদি খুমুজম কোকপন খুল্লাকয়ে। মসিন তিংসাংলোলগি অসৈখনি। তিংসাংব তিংলিব খায়বুঙ, কংলা য়ায়বুঙ অসিগি মথংদ পুঙগি মরমদ কংখদি লাংতে পুঙ অসিনি। লাংতেন তিংব পুঙ যোইবগি লাংতে পুঙ হায়বনি। খুংন মরোল হাপতুল অয়ব

পুঙগি মতাংদদি লেরা কাঙলুপগি লেরা খোঙজোম্বগি বাকম খননব য়াই। খুৎন খোনথোক পীত্নুন মরোল হাপলগ য়য়ব পুঙদি লাংতে পুঙন অহান-বনি। লেরাদি ময়ত্রবাক্কি অহানব কাঙলুপকি মন্নুংদ লৈব কাঙলুপনি। লাংতে অসিস্থ ময়ত্রবাক্কি কাঙলুপনি। খুনথোক লৈতে হায়। চকপ তিংসাং অসিগ খুল্লাকপদি খুমুজম কোকপন খুল্লাকই হায়। খুমুজমগি পুকোক্কি, খুমুজম মৈহৌরোলগি মতুং ইনন ভানব খুমতিং কোন্নি। লাংতেস্থ মোইরাং সলাইনি। লংবন মোইরাংগ লাংতেগ পোকযে। মোইরাংলোন অমদন তেতেন মোইবাংগ লাংতেগ পোকই হায। চকপ তিংসাং, লেরা খোঙনাং অমস্তুঙ লা তে কাঙলুপ অহুম অসিদি ময়ত্রবাক্কি কাঙলুপকি মন্নুং লৈ। পুঙগি বারী বাখোঙ থীবদদি লেরানে লাংতেনে অনী অসিগি মরীদগি তিংসাংগ লাংতেগ মরী লৈনব হেনন বুই। অত্থুবু লা তে অসি তিংসাং কাঙলুপকি মন্নুংদ হায়ব অত্থুদি থিজনবগি মখাদ লৈরি। মথক্কি নৈনরোল অসিদগি খঙবদি চকপ অসি কাঙলুপ অহুমগি বাফম লৈ। মসিগি মরোঙ কাইদা অসিদগি রোজাসিংগি 'চকপদি অরিবনি মীদি অনোবনি" হায়ব বাফম অসিগ মরী য়াম্ন লৈনৈ। রোজাসিংগি মত অসিদি হৌজিক লৈ'বব চকপ অসি অনোব মীনি। অরিবমী লৈবগি বাফম লৈহনবনি। চকপ খুনদা খুনথোক্কি হয়ি চক্ কৌবদ চকপন হান্নন পাল্লম্মে হায়বগি বাফমতা য়েংলবদি সারাং লৈসাং অসিগ চকপগ মরী, চকপ লৈনবগি বা লৈরে। অত্থুবু চকপগি লাইরিক, চকপগি বারী, চকপরোল, চকপ খুনদা, চকপ খুনথোক অমদি চকপ খোইরা হায়ব লাইরিকসিংদদি মথক্কি নৈনরোল অসি কংব থর বাই। মৈহৌরোল সকোক, মৈহৌরোল পুকোক, লাই মৈহৌরোল, লয়সেম্ব লাইগি মৈহৌরোল হায়রিব লাইরিক অসিদদি মথক্কি নৈনরোল অসিগি মমি তাই।

অস্থুমন লয়বাক অমদ ইতিহাসন লয়বাক অত্থুগি মসক তাকপগুম মৈহৌরোলন মী অমগি, সাগৈ অমগি, কাঙলুপ অমগি মসক তাকপদ ময়তম লয়বাকদি মৈহৌরোলন তাকই।

# লম্পিৎ-লেন

## অহানবা পন্দুপ

## লাঙ্গোল চীংগী ইলোন

ইপোকচবা:—য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র

হায়গী মখা—

ঈলোকলাইচ-মদি—চাঙবা সবোনঙম্বীনা হাঙরৈ লৈনা পাংবরমদা য়াংদৌ অতাও পীন পীনা মপারি গারি খোন্দেববু, নাঙবা খোয়রেল্লবাদা লম্লেল খোংবরি খুলবু নাইতনা খৌসারবদি সাবোন মনিম্মাইববু কায়ন চাইরে। হুয়েন লান্নিগীদি সাবোন মনিংথৌ লীরী তাংহুকপা উনাও তোংবায়বা হাঙত য়েংসাব সাবোন তাংয়েকচাবু কায়না হুল্লে। সাবোন লাংচখিরে। মৈতিংঙু থুয়োই তোমপোক্লা মদাইরেম সাবোনঙম্ববু থালৈ মমুং লৌ পীজখিযে। লালেল কোয়াং বানিগীদি—সাবোন বানে। থালৈ লৌনিগীদি তবাং মমু লৌনে। চাঙবা সাবোনঙম্বনা থালৈ মমুং-লৌয়েংলুবদু, তুবী অঙনবা লাইরেল অরেম্বনা নোংদা চেঙখললৈমবু চৈপীরে। নোংদা চেঙখনয়াদি চৈপী লুতুবায়নে। মপারি লৈক্রেবদি খোইয়ুম তিঙলী য়াঙলী তংলববু লাইয়েংবায়নে। চাইবা সাংবদি লুতু-বাযনে চানলো থাঙনাঙাইলিংলৌনা, চকপা মবেংবা শমু মথুংতোম্না থিনা লানা লুয়োম বায়নে।

কোবা চীংলেল নাপোম-মদি—যোয়বু নাইথাং ঙাইনুবীদি হাঙরৈ থানা পাংবরনদা পাংনা য়েংনা য়েংনা কপ্লমএ। নাইথাঙ ঙাইনুবীদি কপ্নীং চীংনে। য়োথাম্নুবীদি অবাং লাইনাপাংনা য়াঙনা য়ায়না য়েংনা মুংশি-খিয়ে। য়োথানমুবীদি মুংশি চীংনে। তুবী নাহুংবা লাইরেল নারেংবানে। কোরৌ নোংহনবা পুন্সি লৈনিবামে।

কোবা মদাই মদি—মৈতিংঙু উরা কোম্থৌবনা বাকচীং লৌরানবগী থালৈ লৌকেলবায়নে। চীংলেল নাপোম-মদি— লোইমোম কোকো

থেম্লে। কৌবা চীংসা-মদি—লম্ময়োক লৈপানচান হুৎেন লাংবচিনা পোইরৈ মৈতৈ ঋাচীংঙা চাবু'করাইচানা, থোংনাং চুপর-চা ফারৌএ, চুপরা-চা চীংও তৌনা কৌএ।

কৌবা মদাই-মদি— মৈতিঙু নাওথিৎথোং মঙাংঙম্রনা মদাইরেম হাওয়াংবা য়াংবকোইবা লীক্লাং চোমফামন মীখুনচা বজেংবা চাক্লীক থোয়-ভামননে। উপোংচাকশৌমনবর থম্বী মৈদা লৌনা মাযৎঙম্বর উপোং-চাকশৌমনগীবু ঋায়খিএ। লাইজ ঈরেল্লু শেংহাবন মুমযৌল্লংদা কপ্পা লৈথৈ য়েংনা নোংমনহল্লে। মকম্বী হাওল্লু অ'ত্তেশাৎকোইবীন লাইবেল ইবুংঙোও ভাও! ভাঙলেলব লাইজ ঈরোল্লু, চগী ভাওংেংব্লক্লে। পামু'ম পুরুসে হায়না পুখৎলকএ। অচুনোংবু ভাওৎথোই পাংলেন বোন লম্মেল পুরুসিও থোম্নেয়ে।

কৌবা মদাইমদি নো গোইনু অহোংঙবী সনা লিনকোইগী চীক্লম ফানম্বা মচীংলেম্নে। নো য়ায় খুমন নি থৌ যাইখিংবা লুংনাং উরোনবা সনভং চীৎনে। ঈচীকসি ঋাকোন নিৎথৌবা কাওরেন মসন চা কোম-কোইবাবু চীক্লম ফানম্মা, মানবী সনথৌ থৎনা লুতুর'যানে। লাইজ ঈরোম্মুংদা কাওরেন কোমকোইনবু কোবৌ নো'দাগদা থাবী লোংলেপ্পনা থাঙজি মিতয়েল শারেল লৈতাই যাৎনং; তো কোন ঋ'ঈরৌথাঙ থাঙলেল খুৎতা সূনা, লূ ফুইনম থুম্বা সানা কাইজখিযে। অচু'নাংগীবু কোঙ্গোই ঈনমথীও তৌনা কৌএ। লাইজ ঈরোম্মু'দা থাংজি হিকথোংবা শারেন য়াইনম্বানা, শারেল নমচাওরকএ। অচুনোংগীবু বোঙ্গাই ঈনমথীও তৌনা কৌএ। ঋাকোং নিৎথৌবনা লাইজ ঈরে'ম্মু'দা শায়েল ফুম্বী খাদগী মানবী কোমকোইবগী কাওরেন সনলুকংবু পুখৎলমএ। অচুনোং-গীবু হোংঙাই সনলুকৎও তৌনা কৌএ। অতো নৎবু নো য়ায় থিংবানা তলা হোইয়ানবা পামেন হোইসোনবা লোক্লে। মৈথিংঙু অয়াংবা'মদাইরেম, খুয়োই অমপয়াই-চা কুরাওবা ফাকন তোংইবা নাওরেম্মা লাইবানাথাই ঋায়নে। শাঙাই পনচোং চীংনে। চক্লম ফানম্বা ভানলোয় মকম্বী

থাবুমফা কোরৌ নোংশীং স্নুরবদা, কৌবা ইলোং ঈনা সান্তে বব্, লাইজ ঈংংলবগী খোইমুম লাই ওইখিএ। অতুনোংগীবু ঈলোম নাংসম পাংও তৌনা কৌএ।

কৌবা মদাই-মদি—মৈতৈ লৈমা য়োইরুলোন পুকৈরেল চম্নু লৈমা মমাঙগীবু কাইশাতাল্লিংঙ, পুকৈশাবী ললকৈ তাংদেরিংঙ, মানা হাম্না ললকৈ তাংবী বৈরেল মথুংফানে। অতুনোংগীবু য়োইরুলোন পুকৈ লিংবী ও তৌনা কৌএ। কৌবা মদাই-মদি খোইয়ুম লাইনা লানখিএ, লাইকা লানলেন চীংলেল নাপোমফক্তি নোংবানলোন মিংথোই খোম্বী পায়মা লিতা সাংবী, মাকোই য়ুব্র পাংনিংসি বীর্গ মদাইরেম; নাইথুরাকপ লাক্লৌসিল্লা লাংলেন কো য়াঙ ব্রায়ে চীংনে। ইলেংব লাইচন-মদি লাইরেল লোইনাইগী স্নুমায়মপাফম য়া লৌ থানায়বযম চীংলেল নাপোম্মক্তি য়াইময়াই তাংদনবনা সানপুপচী নে হায়দবরা।

কৌবা মদাই মদি—থা মু নাহা লাইরবা লৈকাই তিমেনা তাব্রায়বা তুবী থি লু খাংচাও তানবনা লারো লাক হনপদ; তুবী অঙনবা লাইরেল অরংনা তুবী হিংলোকপা লাইরেল খিংযেংদবু লনংরেরে। থাংস্নুন হা লাইবন তিমেন মথুংস্নুনা চৈপীরে। লাইবেল তাংংরেংইনাইদি লাইজ ঈরোম্নংদা তুবী সিতল্লে লাইবেল নাতান্নে। মপারি লাই পাখঙ তবেংমনা ঈপন লাইরেল তাংরোই নাইং! থারৈ কুম্মুসে লৈম্লে তানসে হায়নবু; ইপন নঙনা তুবী ঈপুক থুমহৗরোই লাইরেল ইনম চোংহৗবোই হযনা রাকল্লবগী; তুবী করিগী সিতল্লবনো, লাইরেল করিগী নাতল্লবনে কল্লবএ ইপন-ও হায়না পিরেল খকমতানা মীকপথিএ। থাংস্নু নহা লাইরবা তিমেন মথুংস্নুবু; লাইজ ঈরোম্নুংদা য়াংলৌ থানচিথক্কী বায়পোক্লুববু; মদাইরেম অসৈ পনমাবা খানৌ মুজানা বাংলে পুঙয়ৈচৈনা হুল্লবগী; লৈম্লে ঙামিসাংবু ওইখিএ। উতুপসিবী মৈবুন হুলবদি ঙারেল কোকপাকপী-চাবু সাওনখিএ। নোংপোক চাক্লাইথাঙ থাঙকোক মথুংস্নুনা হুনবদি, ঙারিন তোংচঙ সোঙনাইববু ওইখিএ। চকমোম মমৈতাম্না হুনবদি পুম্নুং থারাই

কোকপীবু ওইখিএ। হাওমন মশীংপাক্লা হুনবদি ঙামাই নোংচে পী-চাবু ওইখিএ। হায়দবাবা—

মযোম লাইনুরা তবেৎমসুং ইপন লাইরেল তাওরোইনাই নঙবু লহাননোং নমোম ঐখোয়না ৱাহন্থবু ৱাজরবগী, তুবী নতীক নৎতবা লাইরেল নপা নৎতবদা কদৌবগী নোংমনঙন্নো? কল্লকএ ইপনও। অমন য়াংলৌ লৈখাকেন, পুন্নুং য়াঙগী তৎলবসুং ইপন তুবী থিকোন লাইরেল অরেম্বও! ইপন নঙবু থাঙা নৗরকাইনা হায়নঙনে। লৈকাই নপানসানা নোক্লঙনে। ইপন লাইরেল তাওরোইনাইও! কদৌবগীনো বল্লকএ ইপনও। লাইরেল নমৈবু হুল্লকও। মমোম তক্ষা ৱাঙমোন পাম্থোইবীনচিংনা, খাবী মথিনাইনা কোরৌ নোংদামদা খাবী নোংলেপ্পুনা হেকঙাই মপাও চাওনা পিরেল থকমতানা মীকপখিএ। অহুনোংগীবু মপন লাইরেল তাওরোইনাইদি; তুবী মমৈ হায়বক্লে লাইরেল মনা হুমলক্লে। সীংলেল অসুম্না ওন্থেবক লাইরেল হনবায়রক্লে হায়দবরা। অহুনোংগীবু খোইমোম লাইরেম্বা তরেৎমসুং চীঙু লাইপাঙ তরেৎমসুং মীকপচীনে। তুবী সিতমবায়নে, লাইরেল নাতথ লোক্লে। পাৎনিগীদি লাইরেল পাৎনে, চীংনিগীদি লাইরেল চীংনে। হায়দবরা—

ঈলোক লাইচম্মদি—মৈতিংঙু, অয়াংবনা মদাইরেম ৱাঙমনস্তা ফেনতাংচাম্বনা অরাং লোক্লেল ৱানখুনুঙবু পুবকএ, অহুনোংগীবু মুঙপু চীংও তৌনা কৌএ চীংলেল নাপোম্মদি — শেনবী কুসাই কৌববু শীংজ ৱাইকোনবদা পামেন খুংয়ান থাংনা নোংখল্লে। অহু নোংগীবু শেনবী নেংমনচীং, কবোকুসাই লোকও তৌনা কৌএ। কৌবা মদাইমদি— খোইয়ুম লাইয়িংথৌ নোংপোক মালং হুমওইবা কাওরেল নোংকোইবা মকাইফম্নে। ময়ুম থীংপা মরাম্না থাঙকায়োৌখান খুনফম য়ুম্থু লাম্না চৎখিএ। কমেং চীংফৈও তৌনা কৌএ। কৌবা মদাইমদি—ৱাঙমোন পাম্থোইবীনা খোইয়ুম লাইওই চীংনে। কৌবা মদাইমদি—নোংবান সনসেনবা লুৱাং সনঙাকপগা কাওরেল সনতুং ইন মানবী শামৈ ৱায়রবদা,

খোইয়ুম লাইওইবা মচীংসাংনে। কৌবা মদাইমদি—হোংনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা হোংনেমগী তরা চেঙমচংবু পৈরমএ ; চেঙপও কৌ-ববু ; পোটয়েতা থিবনা পুন্নুং চীংও তৌনা খোয়েএ। থৌংপা মনিগ নাইবচি, ময়াম তানা তানা পানবচীং, ইচীকসী থাকোংনিংথৌবা মচীংসাংনে। ঈলোক লাইচম্মদি—লয়েল ফেনাকা নাকা ঈরুমনে। খোইদোম অতোনবা মান্দোম অহনবনা, মপন লীক্লা পিচা নোংতং-ম্বু থিরকপদা খুন্নু মানথীক তেরামানথি পুচেংলৈনাওপিচাদা পাওহং-থিএ। ইপন লীক্লাপিচাবু উবরা পাওহংববু, নপন লীক্লা পিচাচিদি নাকা ঈকনদা লাইজ ঈপনলাং পুল্লাং লুরোইথোংখিবদা ; শেনবী কপচা লাংবন খুন্নু থেম্বা খোক্লাং চোংদা খোংনাং চৈরৈ কবোফি ফৈচোম-বনা হে পেম্মা নীংথিবী নঙবু পোনচেমবু লাইচুম্মুংদা চঙলাও। লাইজ ঈশিং খোংসু তাইনা শেনএ। লোইমোম ফোকোংসুং তৈনা থিনবা পোনচেম লাইচম্মুংদা থেমথোকখিএ হায়না তাকঙমএ। লীক্লা পিচাদি খোইমোম লাইওইবাইনে হায়দবব।

কৌবা মদাইমদি—ইয়ু হোংনেম লুবাংনিংথৌ পুন্সিবনা লাবা থুমনবু য়াংদো শারমলীবদা ; য়াংলৈ তাওবা মহুই-চাবু ; ওক্লেল লাবা খারোনবা থিংলো য়াকৈবনু, তেকপী ওক্লাকোন শীংকন তেকচাকথাদা লমওক্লয়। য়াংলৈ তাওবা মহুই চাবু তেকপী ওক্লা হাইদংলৈ, ঈমু কিরাক সারে। অহনো গীবু হুইনাও তৌনা কেএ। কৌবা মদাই-মদি—নোংবান সেলংলৌথাংবা চম্নু বে ইলুম তাইজু কৌবদি, কাইরিং হিঙ্গুং দা মথুম হিতাও বাগী য়াংগৌ তাওবা মহুই-চাদা খাম্বী মৈবুম হুন-জিল্লবনু তাওবা মহুই চানা খাম্বী মৈবুম পুনা চেল্লকএ। হাওবা তৌনিক-কং তিংকোই ময়া সীংপদা খাম্বী মৈপোক খোকক্লৈ। চক-মোম মথিনাইনা পনথেংচীংনে। কৌবা মদাইমদি—খোইদোম অতোনি-বগা মান্দোম অহনবগা মপন লীক্লা পিচা নোংতংম্বু থিরকলৈদা ;

কোবী খুৎতা মুববু লাইজ ঈদা তারমএ কোম্বী পাৎও তৌনা কৌএ। লাইরেল তাওরোইনাই লমখন পাৎনে। চীংলেন নাপোম্মদি—নোংবান-লোন কাইনৌ চাংপোম্বী লাইখোম তাওবীদি লাংলেল কোংয়াং বাকন-চীংনে। লোক্লিকিদি—লৈমা লোক্লে। চীংলেল নাপোম্মদি—লোইবী মালেম খোইতোক কৌবদি ময়ুমকল্লে।

কৌবা মদাইমদি—খুলোই নাংসোয়রেল সোয়রেল চাবী লো-ওক কৌবদি কদৌনোংগীনো? খোয়নৌ শাবী নাওশাবা লনহাং পুকচা ও-চা য়াংতৈ মীতাক চাবু, মতি ভু নোংয়াই পৌরান থাব-না; খিংপা মারাম চী শোং লনহাং তানা তানা পানববু; য়োঈরু-মোন লিনসুলোন খলোই ভম্বীনা সনা খোমগাল্লমএ। সোয়রেল চাবী লোকও কৌবদি হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা চাম্ লুকমা তৈ চাঙৌ লুকমা সুং তাইনা হোংনেমঙৈদা; তবা চাবপু ভৈনা তানা চারমএ, লাইজ ঈদসুং তারমএ। অদুনোংগীবু সোযরেল চাবা লোকও তৌনা কৌএ।

কৌবা মদাইমদি—য়োইরুম তাইলুমৈচনবীদা কেগে মোইরাং হাও-বা য়াংগোই সোয়সেনবনা খাম্বীমৈ বাসারুও হায়না তিমেন মথুৎসু-গা মসন ববাংবগা পীরকঙৈদা; নোংথৌ সররেন্না খাম্বী মৈ সবা খোক্কে হায়না তিমেন মথুৎসুসুং কাওরেল মসন-চাসুং মাঙলে। অদু নোংগীবু লয়েল নাঙাই মাঙও তৌনা কৌএ। তিমেন মথুৎসুসুং মা-লেম তমপাক লৈতাদনা মাঙলমএ। অদু নোংগীবু ফুমলৌ তামাঙও তৌনা কৌএ। কৌবা মাদাইমদি—তমকা পাম্থোইবীনা ইমুংমদা খোই-য়ুম নোংপোক লাইয়িংথোগা তোয়নরিঙৈদা; ইবীংঙাবু ইমু তেকআনা উগনি কৌবা ইমুং সোয়রকখিএ। হায়না; অদুনোংগীবু কৌবা চীংমুং সোয়ও তৌনা কৌএ। থমুং সিদমুবী সাওনখিএ। অদুনোংগীবু থমুং খোংও তৌনা কৌএ। কৌবা মদাইমদি—বাঙম্লোন পাম্থোইবীনা খোইয়ুম

লাইভঙ্গী ওইনা সাওল্লকপদা কোরৌনা খোংথরক য়াংবম্মা লাওথরক্লবদা কৌবা লোকসামদা থূপলমএ। অহুনোংগীবু নোংদা থূপও তৌনা কৌএ। কৌবা চী.সামদি—লৈমা লৈনাওতাবী মপারি শিঙোনসিহনববু হনবায়-য়রকপদ; নাওবা অপিশক ওইনা হনবায়রকপা চীদা; থিংবা মারম হাওকপ চীংশাং খুনক্ষম ঙাংচে: তানা তাবন' নাওবা অপিশক্কা মারাম য়ুমকা সারম এ। অহুনোংগীবু নংহ খুল্লি'চীংও তৌনা কৌএ। ঙাচেং ময়ুম-ফমে। খমচী কোন হায়ইহবান', কোন্না অমন খয়ে-থান খোকক্ষমগী থারোং লোইরে ওন্না লোক্কে। নীহন সিহনবগা, খম্বী লে নাওমোম্বীগা, খন্নু খোংনীং চঙ্ঙদা; তক্ষা য়াংম্রোন্না নাওব অপিসক ওইনা শাওন নোংদা চৈর ফিশেৎ তমদন' নৌনা হনবায়রকলে। নীহন সিহনবনা, লৈনাওতাবী ঙাইরেঁযননা কোলোয় মমিং হোংলকএ। সীথাপুঙ শীং-মিংনবা মিওন চিনে। অসাইঙ্গী লৈন্নুং পীশীম্নুংচা কাওরেল সনকোন লোক্কে। তুবু পোকপীনা লাইওইলক্কে। তক্ষ পাম্বোইবীনা নাওবা অপিশক ওইনা চৈরে খোযদোম্বনা খোল্লকএ। অহুনোংগীবু নৌতা খোয়দোম পাংও তৌনা কৌএ।

কৌবা মচাইমদি—লম্বুন ঙাকপ লোক্কে। তুপুনা সেনবা বায়নে। য়েনপং কৈবাক পোকপা, পুঙফাই তোনয়াম হৌবা তিংথৌ তোল্লোং হৌবা চীংনে। খোইয়ুম লাইলমপুনা ইলম কৌবা লম্মহনবা অসিদা করম থিংবা কোইবনে? অহুনোংগীবু লমপুথেংও কৌএ। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মতৈ লৈমা লৈনাওতাবীগা; মমাইবী শজি লাংকপী লৈরি লৈফোনবীগা, খাংবাই তুংবাইনুগা, মমাইবা খোংনাং কাইবা য়াংগা খোয়েল মঙইহানববু মপারি শাংঙৈনে হায়ববু; মমোম ফুয়রকএ। মমোম ফুয়রকঙৈনে হায়-ঙৈদি মপারি শাংলকএ। অহুনোংগীবু ইমা ইপা খোংনাং কাইবা য়াংবও নঙনা খোয়েল মঙহিপ্পা সোয়বা নাইরিংঙৈনে। খোয়েল অমরক মঙহিপ-লুও হায়খিএ। মমাইবনা মৈবা হিংথংনা য়েরুফাতম্মা মঙহিপ্পবু খোয়েল

মঙহিপ সোয়রে। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লয়েল কৌবা লমনা থাবা-নারিঙৈনে। অহুনোংগী থাবা লৌহাম তেংলমতেং অগাম সোয়ও তৌনা কৌএ। লৈন্নুং থোংঙারেন্না অনৌবা হান্না খমচিংকোন সাচুংনিংথোসনা নীংহন শীহনবদা পাওতাকখৎলকএ। মমাইবা থোনা কাইবা য়াংও লৈমা পুন্সি নিও নিংথৌ পুন্সি নিও। চীংগোন ওয়েলোন হুহুনা কুরেক তোম্বী থোক্কা তোক্কা লাইগা ইনা, থৌবি লৈফোনবীনা লৈফলও। ভাংঙোই লৈরাম্বীনা লৈরামও কোরৌ নোংবু লংনা হুক্কা সোয়নিও লাখাঙবা হুকপু সোয়বু থাঙনও। নাপু নাসেনবনা হুকপু সোয়পু নাসেম্নও। সায়োম্বনস্নং পুয়োম্নরুও। নাওহিংবনা হুকপু সোযবু হিংনরবদা; নাসা অপিশক হনবায়চীং থোহু মুঙথোঙ হানসনবু কাওরেল সনতোন লোক্তা সান্থূপ্পবু তুবী হৈরাং নউচা লাইরেল গৈকোন, তরং লৈমচা মরোং সনখিন হৈবগা কংলৈ শা ঈবাংলো। অতাই চিলাংলো। হায়না পাও-তাক্লক্লবদা; কোন্না খেয়েল মঙচুমচীনে। নঙনা চংনিং য়োনখাপোকও কৌববু; পোইরৈতা থিবনা লুরাং হৈনিঙসোযও কৌএ। চাংতোন উয়ুমপোক লৈমা উরুম খাওচোনবী নিংথৌ ককস্থ তোনকোনবদা লুরাং শেলহোঙবদা লীক্লাং খূংতা হুনা তিমেম্নবা চীংনে। চীনখূ লুকথেনও কৌববু; লীকথেক কৌএ।

কৌবা মদাইমদি—নোংবান-চা সোয়রেল রায়নে। য়াংলা য়াম্না খোংফৈ চিরোন চন্না খরায় চাংদোন খন শীংউৎ নাচুংয়ৈনা ফুট-নাম থুমজববু; মোংথিন চঙবা ঙাদি, মক্কম্বী অলাই শংবা চন্নুদা রাই-থূংলুইএ। অহিং চঙবা ঙাদি, লেম্নৈ ঙাচঙ তাম্লকএ। অহুনোংগীবু অলাই সংবা চন্নুনা রাওইথিএ। থংলেল নঙদি লৈরোং য়ুমচঙনা সোয়-খোঙ তাইখেৎনা, মন্নুং থোঙকা পরৈনা লম্নক লুখ্ন্নববু লৈরিঙৈমে হায়না রাওইথিএ। মথংলেল নোংবানচা পুলিংবনা; চীংগু নিংথৌ সোয়রেন্দা ইম্নুং মঙালনবাগী মোংচুপ হাওরেংবা চহু মথুংথা ছাংস্থ লোমমোই তাওবদি; পানখোক ঈহালাদা ঈমু খয়োমসনা কাংবী

লেম্নোইনাইবু কাংনিঙথিএ। খোইয়ুম লাই পাখঙ য়োইরেলবনা ললকুবীথিএ। মিংয়েং নাওস্নুমদা খোয়েল তুমখুন ফাদনা নোংহাম্নবদা খোইয়ুম লাইহিংচানা; খোইয়ুম য়োমলোয় হৌ চীংঙ্ লাইহিংচাদি, খোমতাসাংনা নোমজগে। তেনজগে। হান্না লাবপদু উরে। নোংবান চাবুন্নিদি থাঙলল খুৎতা স্নুনা পাংমেন উদা ক ক্ষবু খোয়েল লাওনা খোংনা লৈববু; গোইয়ুম লাইহিংচা অয়াম্বনা নমু চাগে হায়না পামেন উ কারকপবু; শমু মখোঙ মখুৎ তুপ্না ঙম্না য়ানথংলে। অতু নোংগীবু খোইয়ুম লাইহাং শোয়ও কৌএ। অহিং লকপা ঙাদি লেম্নে ঙাচঙতাম্না তুঙকোল বাইরোঙ্ংদা হাপ্না কারকএ। অতুনোংগীবু ঙাহাপ সোয়ও তৌনা কৌএ।

কৌবা মদাইমদি—য়োইবু খোইমোম লাইরেম্ম। লৈমা লাইখুরেম্বী নম্বু পোকপীনা; থোঙঙারেল সাচুং লাংমৈবেম্ন। সনা চীংখোঙ পোইরৈতোন্দা পাওতাকথংলকএ। লৈমা লাইহন্নু লাইখুরেম্বীদি লমখন বায়নে। থাবা লাংনীং য়েনথাপোক্লে। নতু চীংখোঙ পোইরৈতোনস্নুং করম থেংবা কোইবনো, লেম্নৈমস্নুং করম হাপকবনো? অতুনোংগীবু থাবা লৌহাপতেংনে। কৌবমদাইমদি লুবাং লুমচেংহনবা মশানৌ চীংখোঙ য়োইমাবা য়ুচীথাংঙাবা লুবাং শেল হোঙবা চীংখোঙ য়াইমাবা লোও কৌও। কৌবা মদাইমদি—য়াফুলোন তিমেনবা চম্নুগা। ঈরেম তোইবীলৈম লুব্রাংখুবা চম্নুগা লৈবায়খানে। কৌবামদাইমদি তনবা মকতক খেল বাংতৈ হামংঙা খোইয়ুম লাইচি সোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো? চীংঙ্ নোংখৌ সন্নারেল মেল্লাংতাম্বা শানামুং অঙৌবা তুরেং কৈওইনা ইগুংমক্তা লাকএ। নোংবানচাবুলিবনা হাওমুক্না লেংফাইচন, মোংবা থুরৌ তাচিনয়েৎ খোইয়ুম লাইচি পায়না মুক্কমথিএ। অতুনোংগীবু তলবা মুক্তম থেল, খোইয়ুন লাইচিসোক, বাংতৈ হামেংঙমও কৌএ। কৌবা মদাইমদি—খোইয়ুম'লাইরেমগী পামং লাইসিকোম্নে।

ঈলোক লাইচাম্মদি—লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবনা চেঙৈল কুমসা ঈবৈ। শীংথারুথেং ঈ ৬ কৌবদি কদোনোংশীনো? হো নেম লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবনা তালোয় মরুশ্বী তিমেন তাইতম লৈমা মোইন্নু চন্নু মপন থাৱৈচামোইবনা পোকপী; লেম্নৈ ঙামোইবনা য়েনবী, লুৱাং মনতং-হনবতনা মনচংঙৈ; লাইজ ঈবু লাম্না য়াংনা পাওকোরুঙৈদা শীংনাং নেম্বী-চা অলাইববু লুদাথোংনা মনখৎলকএ। অন্থুনোংগীবু শীংথা লুথোং ঈও কৌএ। নাংবান য়োইরুমলোন তকুকমরুা কোবৌ নোংগাঙৈদা; লাইজ ঈদা সান্তেংঙমএ। কোরৌ মুমিং মঙানিস্নুনা লাম্নমএ। অন্থুনোংগীবু লানঈও কৌএ। কৌবা মদাইমদি—নোংয়াই থোঙবু হনবদি থিনথ ঈনে। অতোন নাইকাপুঙগী কাবকপদা ৱাইথুং ঈনে। চীংলেল নাপোম্মদি—নি থৌ কুরাঙবা চন্নু, লৈমা লাইথোম তেনবী শাবল লমথাকপুঙ কোবৌ লমথাইবদা; ইপন লেৱালম্বুং ইন্থু থোংনাংলম্বু কৱম মানবনে? পামেন কায়ৱং মপান ফুরুা থাৱমএ। অন্থুনোংগীবু লম্লেল কায়ৱং পোকও কৌও। কৌবা মদাইমদি—লৈকম মপী সিনলোক মন্নুতেকআ মনা লোক্লে। কৌবা মদাইমদি—নোংবাচা পুৱিবা কাংবীনোংলোইনাইবু ঈমুতোংক চীং, কৌবা মদাইমদি—য়ুচীং চন্নু য়ুসিনচীংনে। ঙানবা খনজিনকোনগী মরুশ্বী, য়ুচেং য়ুহা পোকপীনা থাননাচীংনে। লৈমা য়াইফুৱোনবা তিমেন চন্নু সাওন ৱায়নে। লৈমা তোইবী লৈমা পামেন উয়ুম লৈমনা থৌহু মুবু ওইনা সানতোংৱায়নে। মানবী হৈৱোম কাও কাওৱেল নোংদম সনবু, কাংবা মুংসন তানবনা কাওৱেল সনতু ইনঙৈদা; মরুমলোন তিমেনবা চন্নুনা থংলেল কাংবদি থৌহু মুংথোঙ হাংবা সনবু কাওৱেল কদোম সনতুং ইনথিবনো হায়না থিন-থোংনে।

কৌবা মদাইমদি—মৈতৈংঙু নাওথিংখোংনা পামেন হাওউৱোং কাইৱোংবগা থায়োইৱোন কৈরুহাংবী নামুন চাঙবী লংমাই লীরু

শাকবীগা পায়েন উহাং বায়নে। মৈতিংঙ্ নাওথিংখোংনা মদাইরেম খোইদোম অহনবগা মানদোম অতোনবব্, মনোংয়াই য়াকা অথোবগা থাইবী লোনা মাংলেম কাইয়া লোনে। ঈরেম তোইবী লৈমদি লমফোন খোংথোংচীনে। মদাইরেম খোইদোম অহনবা মান্দোম অতোনবব্ মনোং-য়াই কাইযা অথোবনা থাইবী লৌনে। লম্লেল কাইযা লোনে। ঈরেম তোইবী লৈমদি লমফেল খোংথোং চীনে। মরিং তারাং কাইকবনা মরান যুমকা সাবমএ। লাইক্ক ঃহি ঙম্লে। তবং চীংন রাম্লে। তান্নুল নোংপিন চীনে। লৈমা চাংবাই নীংনে। কৌব মদাইমদি—হুঙাং কৈসি-খোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো? সম্পো থরাক লৈনৌপী-চা মপারি, অলাই তা থুলবনা লাংলেল কোংয়াং বায়ানবব্; কোংযাং বাচিন-চাও লোক্লৌ সলাই তাংনা নেংঃক্লবস্থ মযুম হাঙ বধোনা ঈ বুদি অগোঙবা কৌএ। ঈহোংস্থ ভাঙনা খোযমা নারোম্নুংদস্তং পানবা কৈস্থ শঙঙমএ। অত্তুনো গীবু হুঙাঙ কৈসিখোকও তৌনা বৌএ।

কৌবা মদাইমদি—থো ঙাক অসিথেন কৌবদি কদৌনোংগীনো? লৈন্নুং থোংঙারেল চীংখোঙ পোইথতোন লৈমা লৈনাংতোবীগা খোই-মোম লাই ঙাহুম্মক্লা; মপারি খাঙ্গনবয়াম মমোম তোক্ল হক্লবগীবু, কৌবা লুব্রাং চীবু ইনতালকপদা; তমকা বাঙমোন থম্মুং সিদম্নুবীনা মুরা চামাংনা যহংোঙ কুংন্ন ঙখং চামা বাপন বেংম্নসপবু নাংবো অপিশক ঙইনা চংব খোয়দোম্মনা ঙাবএ। অদুগী থো হুঙাক অসিথেলও তৌনা কৌএ। পাথ লৈহেকথেল মুবা লৈরানথেম্নে কৌবা মদাইমদি—লম্লেল কৌজেং বাও কৌবদি কদৌনোংগীনো? চাইরেল য়াওযুলাকপা তাম্লোয মরুম্বী অরাই লৈচাবীনা ওইথিবনা তিপুক সরিবানতং মুনুবী লোঈদান ইঙাচাবীথা লাংহজ ঈনৌ কান্নক-প্নদা থাংই মপান ফাহন্দনা কৌজেং য়াম্না চান্নকএ; কোবৌ লৌহম্ন-কাং কুম্বী য়াঈচেং নীক্লক্লে। তমফা বাঙম্লোন থম্মুং নাওবা অপি-শক্লা বাকযৈ হিতুপহম্না থম্মুং লা ওল্লকপবু থৌথাম্বী লৈমদা; য়োঈরেন

কৈরং ললকোব তাকনে হায়বগীবু থোখাম্লবা বানে। কোবা লোকসামদি —অসাইবৈগী ভুমকা খাবী লেংনাও মোম্বীনা নাওবা অপিশক ওইনা লাইজ ঈকুং কোয়দগী চৈৰ খোয়দোম্লনা থোক্লএ। অহ্নোংগীবু ময়েল খোয়দোম পাংওভৌনা কৌএ।

কৌবা মদাইমদি—মাকোই হামলামও কৌবদি চী খোঙ পোইরৈ তোম্ন মালেম খুলফাওরকপদা; মতৌ দৈম লৈনাওভাবীগা মপারি খাইনয়াম মমোম তোক্লহক্লবগীবু; লুবাং চী বু কদাইনো হায়না কোয়না তোয়না য়েংলৈদা; খম্নুং লাংওনবা সবা পনকোইবা ফিবুন লুদাথোংনা য়াইথোং কুম্না লৈভমএ। করম কোইবা হান্দনা অহ্নোংগীবু মকোই হাম্লমও কৌএ। মকোই মুংওনপাইও কৌবদি—কৌবা অঙাঙ ঙানা, মপারি উরা খুন্থাবনা কেগে মপল্লমদা খুন্থাগে হায়না মোইরাং অঙাঙা- না; কৌরৌ নোংলোন থক্লা কোয়না কোযনা যেংলিভৈদা; ময়ুম কেগে মোইরাংনা থোইয়ুম লাইবু নো লেংনও কৌএ। থোইয়ুম লাইনা কোরৌ নোংলোনথক্লা পাইনা লংনা লৈভমএ। অহ্নোংগীবু মকোই নোং- লোনপাইও কৌএ। কৌবা মদাইমদি—চেঙলৈ লুবাং ঈগা লামপী সনসেন ঈগা শীংথা লুহোং ঈসুং নোংবান লৈমখোংগা থোইয়ুম লাই রিক য়েংগা, লাঈজ ঈরো খোং মঙামবু থোংনাং মরমফম মঙাং ময়ুমনাকীবু লুতুরঙৈনে হাযনা মৈতিংঙু লাঈরেল সেনবী খাগেম্বনা থমথা থোংনে। খম্নুং চিবীথম য়াইথোং চীংনাংমৈ নুরা খুদৈ ঙাইরন- চীং পাথং লৈরানথেন থোঙঙাক অসিথেল য়াঈথোং সিকুমলন কৌবা মদাইমদি—ময়ুম কেগে মোঈরাংনা লাইজ ঈশিংবুদি লোলোও কৌএ। কেংয়াং চুপলেল হুংনাসঙবদি সবা ঙাঙসঙ কৌএ। সবা ঙাঙসঙ লৈনা সানা লাইজ ঈশিং য়োক্লমএ। অহ্নোংগীবু লোলো ঈয়োক কোমও কৌএ। পোইরৈতা থিবনা লোকলো পোমও কৌএ।

কৌবা মদাইমদি—ঙানবা ভেকচাকপাম্বনা চৌসুনা থৌবান লাই- হুংথোবা পলেম মমা থামোইরেম্বী নিংথৌ য়েস্তংবা চম্লু মনোংয়াই

ঙানবা তেকচাক পাম্বা নঙদি কৌবা লম্মহন অসিদা মৈতিঙু য়াং-লৌ কৈকাবগা মদাইরেল হাওচামুংমাই ঈবা'মাইবংগা কৌবা লম্মহন অসিদা নিংথৌচা ঈমঙকিনা শাচিক তুগুবরু নীংনদে। থাবাগুম্না-কোরৌ মাখিনদে। কৌবা লুখুম অসিদা লিরেল কংসি মরোল য়ামদা; খ্বাই নোং-চেংবম ঈবা থামেন নোংকাপ মরিং তারাং কৈকোই-বনা মরান য়ুমকা -সানা পানবা লয়ে। লাইজ মহিথেয়ে। তরং শীংকারমনে। ঈরেম ভোইবী লৈমদি লমকেল খোংখোং চীংনে। তাক্লেল নোংখিল ঈনে। লৈমোন চাকা ঈনে কৌবা মদাইমদি—হঙাংখোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? কম্বোং থাঙডা লৈনোবী মপারি অরাই কাংশুবনা লাংলেল কোংয়াং বাচিনচাওবু য়ানবদা; কোংয়াং বাচীনচাও লাক্লো সৌরাই তাঙনা নোংমনববু; ময়ুম থাঙডা কম্বোংনা ঈবুদি হ কৌএ। ইহোংসু' ঙাঙতুম ঙাঙনা মালেম লৈতারে। খোইমা নারোম্মুংদা পানবা কৈমু সিঙমএ। অহুনো গীবু হঙাং কৈসি খোংও কৌএ।

কৌবা মদাইমদি—খোঙডাক অসিথেলও কৌবদি—লৈমুং খোঙডা-রেম্না চীংখোং পোইরৈতোনগা লৈমা লৈনাওতাবীগা খোই-মোম অহুম মনা; মপারি থাইন-য়াম মমোম ভেংক্লয়াম্বগী কৌবরু মচীং-লেলবু ঈন্থাল্লকপদা; তমফা বাঙয়োন খমমুং সিদমুবীনা মুয়া চামনা য়াইখোং-কুম, পাথং চামনা মবা পনকোনববু নাওবা অপিশক ওইনা চরৈ খোয-দোম্মনা ঙাকঙমএ। অহুনোংগীবু খোঙডাক অসিথেলও কৌএ। পাথং লৈহেকখেল মুবা লৈরানথেয়ে। কৌবা মাদাইমদি—লয়েল কোজেং বাও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? চাইরেল নিংথৌ য়াওক্লুরাকপা তাল্লোয় মরুম্বী অরাইলৈচাবীনা ওঈখিবা ভীল, পুসি, বাস্তং মুমুবীনা; লোইদাম ইঙাথাদা লাইজ ঈনৌ কারকপদা থাঙয়ি মপান ফাহন্দা লোইমোম মনৌ চোংহম্বনা লোরী সেম্তোইমুংদা বাককৈ হিতুপসানা থাঙয়ি মপান ফাদনা ফৌ চারকএ। কৌরৌ হন্না পাংলমএ। তমফা

রাওয়োন মোমন্নু নাওবা অপিশক্পা রাকয়ৈ হিতপ হোন্না থমমুং লাং ওল্লকপবু থোৌখাম্বী লাইরেন্মদা; য়োইরেল কৈয়াং লানকোবা খুরাই নোংচেংবম পীবানা খামেন নোংকাপ্পা মৈনম নোংচেনবা য়োইরেল সনলৈতাগী কৌজেং মমাইবা লৃবনা পোইরৈ ৮ম্মা হৌনা তরেং শেলপান থায়না, মানবী চক্লম কাও কাওরেল লেংপাসন অমুবীনা কোংয়াং রাপানথানা কোবৌ হন্না কাংনা কুপ্পী য়ৈচেঙ নিবা কোংয়াং কংলা থাংতবা; লোক্লো পোনবী চরোয় মৈথোক্তনা লোক্তা রারং-স্নুনো হায়না থোৌখাম লোক্লে।

কৌবা মদাইমদি—য়োইবু খোইমোম লাইরেন্মা লৈমা উক্লম খাওচোনবী নিংথৌ ককস্ন তোনবা কোনবা সাওনবা লোক্লে। লৈন্নুঙ থোং ঙারেল অহনবদা তুবী মমিং কুপ্তবা লাইরেল মনা হুমজখিবা; লৈন্নুঙ থোং ঙারেল অহানবনা কোনবী লোক্লে। লৈনুঙ থোংঙারেল অহনবগা লাইরেন তাওরোইনাইগা কোনবা লোক্লে। লুরাং খুম্ববনা খুঙ্গি লোক্লে। কৌবা মদাইমদি—থোংঙাক অসিথেলও কৌবদি—মপন লাইরেল তাওরোইনাইগা লৈন্নুঙ্‌ থোঙারেলগা কোন্না হন্ন লোক্লে। লৈমা লৈনাও তাবীনা হনবায় লোক্লে। নীংহন সিহনবা হনবায় লোক্লে অতুনোংগীবু থোংঙাক অসি থেলও কৌএ।

কৌবা মদাইমদি—মৈদিঙু শেলবী খাগেম্বা পোইরৌ নিথবা লয়োকপা সাবনউৎ ঈরাই ঈহৌহনবা কপক্যাং ঙম্বা চাও রাইৎফাবা, মদাইরেম—থিংনোং চাওরোংস্নুনা মঙফাওবদি; মঙফাওবদি; লাইরেল খোঙতেকচাদি নিংথৌ মমাঙগীনা কোরৌ নোংগাদববু মানা হান্না নোংগাকথিএ ঈমাপা থিংনোং চাওরোংস্নুংঃ নঙনা; কন্না মঙফাওরকএ। লাইরেল শেনবী খাগেম্বনা, শাক্তিক তুগুম্ব নীংনদ। থাবা তুগুম্বাবু কোরৌ নোংকাথিরসিংবু সানা য়োইকোন্নুংদা য়াত্তবদা লাঙ্গোলমুংদা রারীবীও! কৌবা লম্মহন্না ঙাকস্নুনো। পোইরৈ নীলাইমনা চঙফতা,

পামেন ইরাইমবু চকফতনা; কোংযাং বাসা থমকৈ য়ানফতনা নাওথমবা লোক্লে। লোক্লোম্নংদা থম্না বারীবীও! লাঙ্গোল লম্মহন তরুং চীংনা-মুনে।

কৌবা মদাইমদি—লাইরেল তাওরোইনাইনা বাংনা চাওনা লানখিএ অহুনোংগীবু, লংবা লান্না পুঙ কানা লোক্লে। কৌবা মদাইমদি—লৈমা লাইরোকথানবীনা লাইতোংখু মঙচুঙ্গী মপারি মুবা নিংগো তাংতানবা কৌএ। লৈমুং থোংঙারেম্না নিংথৌ সররেলবু ওইনা; চাওনা সাংনা কুপ্পংকএ, অহুনোংগীবু বাংতৈত কৌএ। কৌবা মদাইমদি—তেকচম খোংকম চঙনা থোংলমএ। কৌবা মদাইমদি—লাইরেল নাওথিং নিংকোন সীমনবা মকুমসা, অতাই ঈরাংনোংদা; লাইরেল লাক্লোসিন, থাঙতা কম্বোংনা য়েনবা তুশেক সাবা লৈরাং খোক্লোই থেৎনা; থোহু মুংথোঙ হাংনসন বাওরেল সল্লুয়ান্দা য়াম্নবা লোক্লে। কোংয়াং মেরা লোক্লে।

লাঙ্গোল চীংগোইলোন্দি অসিদা থৈরে।

## "য়াওরৈবী লাইব্রেরী"

—ওঃ ভোগেশ্বর

লাইব্রেরী অসি পেনলোন তেংথাগী মতুংইন্না ময়েংবম শাগৈগী নিংঙোনবু য়াওরৈবা চহু হায়না শৈথানৈ। অসিগুম্বা লাইব্রেরী অসিগী কোলোয় নিংলেনবু য়াওরৈবী লাইব্রেরী হায়না খঙনহুনা হৌজিকী কুনগুবা শতাব্দীগী মতম অসিফাওবদা ময়েংবম শাগৈগী নবেনথৌ অসিবু লাইব্রেরী অমা ওইনা কুম খুদিং কুমজন ঈরাং থৌনিহুগী লাইগী ওইবা থৌরমদা তত্তুনা পাঙথোক্লি। লাইব্রেরী অসি হৌজিকমক শীংজমৈ মখা ময়েংবম লৈকাইদা ময়েংবম শাগৈনা লমজিংলগা লম অসিদা থুন্দারিবা মী পুন্নমক্না থুরুম লৈপায়নরি। লাইব্রেরী

অসিগী হৌরককম ইতিহাসকী লম্বীদা য়ে লবদি খ: ৪২১ দগী ৪২৮দগী কাওবদা মৈতৈ লৈবাক্তা পানখিবা মৈদিংঙু নাউখম্বগী লৈমরেননি। মৈতৈ লৈমা অসিবু নিংথৌ অসিনা ফম্বাল তোংখিবা মতমদা য়োইকম-লোন য়াংবৈবা চনু হায়না কম্বাল মিন্থল ত্নমখি। মৈতৈ জাতিদি এলহৌভৈদগী মপা মপুবু লাইনি খন্না খুকম থাজ্জতুনা পুনসি কেল্লকপা জাতিনি। মতুগী প্রমান্দি হৌজিক কাওবা মৈতৈ লৈবাক অসিদা লৈরিবা য়ুন্নাক খুদিং মখোয়-মখোয়গী মপা মপু অপোকপবু খুরুম্নরি। অসিগুম্না লাইরেম্বী ওইববা লৈমরেন অসিবুসু লাই ওইহন্দুনা চহী খুদং পুরুম্নরি। লৈমরেন অসি চেংলৈ শাগৈগী থাংযি খোংজোংবগী লোযনগী মতাপোয ওইত্তুনা তাইবং য়ুম্নাই থৌদা খোঙদারকখিবীনি। মৈতৈলনা বাওরৈবা চনু মতম অতুগী মুজালক্তুগী থোইদোক হেন্দোক্না নিঙখিবী তাইবং ফক্নি শুমহৎপী ওইবা মরম্ম' মৈদিংঙু নাউখম্বনা সনা পুক্লিং খোযদ-মনখিবদগী চেংলৈ শলাইগী ঈচেন্নববী লোইদাম থাবুম ৫ নাওপুরবী থা যি মাগী তাউডিং হয়ক পল্লবী ওইরবসু কংলৈদা পুখত্তুনা খোঙজোম্বগী মথুত্তুগী মুল্লগা কংলৈদা মৈতৈ লৈমা ওইহনখিবনি। অসিগুম্বা পাংম্মু নুংশি পন্থুংননা তাইবং খোংদামিন্নরম্মী লৈমবু নিংথৌনা অকন থোক্না তালোয ভুমিন্নখিবা অসিদা খোংজোংবা উনবী থম্মোয় মুংচাক্না তাইবং পুন্সি লেপ্লিংঙ কোরৌ নোংজা অমদা খুপ্পা থৌবু ওইনা শুম্বল যানবা চংপদা মতালোয়বু নিংশিংরকখিবগী মতেক অমদা মখাগী অমুম্না শৈথারম্মী মতুদি :—

তরা চাম্নানাবা নমু মীয়ামনা খঙনবা শুমলেন মায়পাকপা শুমবিপোক শুমলাইতাঙবু তাউখঙসে হায়না সিঙচঙ লয়তোয় চললি ভৈতা বাকলেন তাংতনপা কোঙয়াং বাত্তোনথককী বা-না নিঙখিপানা মালং চয়রোয়নানা লংথন্নকয়ে। থাংয়ি খোংজোংপানা সমু খুৎনা লাকনা কৈনা তানতা থোংনা মালেম লয়তা বোননা মিকপখিএ। হে লাংলেন কোঙয়াং বা-না অসংপা সংনা ফচপীও। নঙপু তালোয়

ঐকী আপামপী য়াওরৈপা চন্নুপ করম মানপ মানপানো কলকয়ে।'
(থাংয়ি খোংচোংপা লা: ১২)

মতৌ অসুম্না চেঙ শুম্বল শানবা শীংজং থৃম্না পায়রতুনা শুম্বল শুইনবা উজাউ য়াম্লিঙৈদা বা পাম্বীদগী মখোক লোয়রতুনা ভাঙশিল্লক্লবা মচু ওইবা বা-না অমা কেল্লকপবু থাংয়ি খোজ্রোংবনা উরতুনা চেন-শিল্লক্লগা মচু মখুত্তা পায়জরগা মতমবাক্তা থম্লতুনা চেৎনা কোল্লগা শুন-থোইরতুনা কপচখি। তে নিঙথিরবা বানা-ও! ভাংলপ-শংনা ফজরবী নহাক অসিগী কুচুগা ইত্তালোয় মাগী কুসগম্সু করম্নবু অসুক মান্নবনোকো হায়না শৈশকচরম্বগী বাহৈনি।

অসিগুম্বী লৈমা অসিদি মশক মতৌ চঙথোন্না নিঙথিরবী ওইবদা নত্তুনা লৌশিং চাউবী বাথল লৈবী বায়েল থোদা হৈনা অচুম্বা চৎপী ওইবী লৈমরেননি। মরম অসিনা মশক মতৌ নিঙথিরবী পুকচেল তপ্পী বাভাং-বাতা হৈ শিংবী অচান-মীরায় নাইদবী ওইবা য়াম্না পোক্টরৈ লৈবাক্কী মবেম্ম ওইতুনা লৈবাক বায়েল থোদা পুগদবা মপারী ফংজখিবী লৈমনি।

হৈতৈলৈমা য়াওরৈবা চন্নুগী শিয়োমচুদগী মচা ইবুংঙো অনি ফংজখি। থাংয়ি ইদা নাউতহ্নক্লগা সনা কোম্নুংদা লৈশাংককখিবা মপারীগী কোলোয় মিংলেম্না নাউফং অহনবা হায়না মিংলৈম্নৈ। মথংগী নাউদাদি সনা ঈ-অশেংবা নাউফংবা কোবা মপারী ওইখি। পারোম্নবা মপারী অনিগী মফমদা অচান মিরায় নাইদনা অচুম্বা বায়েল থোদাখিবদগী লৈমরেল অসিবু অচুম্বী চৎপী লৈমনি হায়না মতমতুগী লৈবাক প্রজানা শীংথানখিবদগী লৈমা অসিবু লাইমক্রি লৌনখি। মপারী অহনবা থাংয়ি তাউজিং হয়রুবুসু নিংথৌকোন্দা নিঙথিনা নাউয়োক নাউকোঞখি পুনসি মমৈ ওইরক্লবা মতমদা মপারী অনিগী মতুংদা ঃমোম বাংঙমলোন য়োইরুমচেংবী কৌবীবুসু ফুয়জখি। মতম অসিদা মপল পম্মৌ মৈদিংঙু নাউথম্বনা পুনসি চেঙজেল লোম্লতুনা খৃ: শতাব্দী ৪২৮ দা কোয়ৌ

নোঙ্গাখি। মৈদিংঙুনা নোঙ্গাগ্রবদা কংলৈ ফম্বালগীদমক নাউফং মচিল-এনাউ অনিগা ফম্বাল বাথোক অমা থোকখি। মতম অচুদা মৈতৈ লৈমা য়াওরৈব চনুনা মপুথোক্কী মপারী অনিগী মফমদ ফাওবদা অচু ’ বায়েল থোদাখিবনা মরম ওইবনা অচান-মীরায় নাইখিদে হায়বগী ময়েক শেংবা বাফম লৈ। মতম অচুগী লৈবাক থোগাই পুবা অঙম্ব-শিংদা ময়াম্বুং নাউফং অহনবনা ইচিল ই-াউ অনিগী অহল্লি, নিংথৌ খুবন অসি ঐনা ফংফম পোকই হায়না বাপংখিবগী মতাং অমত্তুং য়ে.সিঃ—

“পোইরৈ খুনফাংথো তযম নাইফাংথৌশিংঙ। লাইরেল ইপা মৈদিংঙুনা কোরৌ নোংকাখিপনিকীনা তুমিং ঐনা হাননা থয়এ থাপা ঐনা হাননা উইএ। উনো কোনতে হানন শাংএ। সোয়-রেন লয়খৈ হাননা হুনপানে। চোয়নৌ সনা ফমপাল লাংপু ঐনা ফনৈভেনে হায়না ব হমপাপু পোইরৈ খুনফাংথো তয়ম নাইফাং-থৌশিংনা তাঙচা মরু লুকএ। থাপী খিয়াথো অমাই নাকলো সীনপা লাইফাংথৌশিংনা লাউয়াতে———মপল মৈতৈ লৈমা য়াওরৈপা চনুনা পারী নাউফং অহনপাবো। মপোইরৈ পুমনমানা ব হমপাপু মহাকনে। বাকয়ৈ নপিংঙা কেৎনরুকুনো থমনৌ নপিংঙা ঙা-নফ-রোই। তোয়নৌ সনা ফমপাললাংপু অনি ফাংনা ফমফরোইএ। তুমিং অনি থোকফাতে। থাপা আন পানফাতে।’

অসিগুম্বা বারোল হায়রুনা মমা ইবেম্মনা মচা অহলবু খামজরব-ফাওবদা নাউফং অহনবা মপারীনা য়াখিদে। অসুম্না মপারী অহল অসিনা য়ানিংদবগী মথক্তা অশাউবগী বাফম কোঙদোক্লব ফাওবদা মমা ইবেম্মা লৈমরেম্মা অমুক হন্না হায়খি। “ইপারী নুংচানবা! করি বানো? শানৌ নচিল ননাউবু থোইয়ম মিৎয়েং পানচুমপানা চুমলসন্থু। পোইরৈ লোরোক শিঙকোংবা পরিং লাংসং বাপু নৎতে। লমলেন মত্তাইমা চীং অবাং কোনপু নাতৈননা নয়ু ভাংভোই য়োইমোংপা

সানথ্‌ পফমপ নাতৈনানা খোইয়ম লাইকিপাৎ অরুপাতা পারী মপিংঙা তুপি য়েকয়েংনা লাইরেল য়েকতৈনররো হায়না বাহমখোনকী সানৌ মচিল মনাউতি লাইচা য়িতা কুমনা য়েংনাপাপু পোইরৈ খুনচাহৌ তয়ম নাইচা তিননা মিংয়েৎ সানখৈনববু থাংয় নাউফং অহনপতি পোনপীতুকুমপাপু এতু নীকএ। চরাং য়েনসং য়ানখুমপাপু মসক মোংএ।” (থাংয়ি খোংচ্রোংবা লা: ১৩) মচিল মনাউ অসিগী মরক্তা ফম্বাল মুম্নবগী বাখোক্তা লৈবাক্কী অঙন-অখো পুম্নমকুম্‌ বায়েল খোদা-ববু ময়াত্রবদা মামা ইবেম্মা মচা অনিগী মরক্তা অচুম্বা বিচায় ওইনবা লাইগী বায়েল য়েংহনখিবা অসিমক্তনা মমা ইবেম্মগী মফমদা মচা অনিগী মনুংদা অচান মীরায় নাইখিদে হায়মা প্রমান পায়।

অসিগুম্বা মমা লৈমগী বায়েল লৈবাক্কী অঙম্বশিংগী বায়েলবু ময়াত্রবদা লাইগী বায়েল খঙননবা মমা ইবেম্মনা মচা অনাবু য়েংলগা ইপা-রী আনমক! নাচল মনাউ নখোয় অনী পুকচেল তিন্নদতুনা শয়েং থেরুগে পাম্বোম ভানগে খন্দুনা নপুক্তা মুংভাইনদবা তোগম্নু ইমানা হায়ার্বরির্বাসনি অত্তুবু ঐনা গায়বাসদা য়ানিঙত্রবদি যরে নবুধো য়োংমোংবনা পুপখিবা লাইগী পাৎ অরুবা পাৎ অসিদা নাচল মনাউ ঈরুনপরো হায়খি। ঈরুপনবদ নাউফং অহনবদি মৈদংঙু সনা ঈ অশেংবা নত্তবনিনা লুপথবা য়াদতুনা তাউখংলে, মনাও নাউফংবনা তশেংনা লুপচখিবা মরম্না মৈদিংঙুগী সনা ঈ অশেংবা ওইরে হায়না লৈবাক্তা লাউখোক্তুনা নিংথোগী ফম্বাল কাখি।

অসিগুম্বী পুকচেল তম্পী ঈংনা লোশিং লৈবী নিঙাথবী লৈবাক প্রজাবু মচা-মনাউগুম খঙ্গবী ওইবা লৈমরেন ওইবা মরম্না পোইরৈ নিপলাক্তগী অখোইবা ওইখিবা মৈদংঙু নাউফংবা পোকপিখিবী লৈমরেন ওইখিবীন য়াওরৈবা চম্নু। অসিগুম্বা মপারী মখোই মীহেন ওইখিবা লাইগীদি মমৈ তাইবং মীগীদি মকোক ওইপ্রবা মপারী নাউফং অহনবা খোইদোক্লা মৈতৈ জাতগী হাতহাসকী লামায়দা সনা কালিনা

য়েকখিবা। মরমদি মৈদিংঙু অসিগী সনা হাক্তকগীনি পোইরৈ লম-দম অসিগী কুমগী চহী হৌরকপগী মুমিৎ অহানবা অমসু অকোনবা খঙননব লৈবাক লুপনা মুমিৎ মশীং শীংথাননবা হৌদোকখিবসি। মৈদিংঙুগী সনা হাক্তক অসিদা চহী হৌগদৌবা নোমা রাংলিঙৈ লৈবাক শীন্থুংনা শগোল পাউ থাত্নুনা চৈ মতোন্দা শরীক থাংলগা হয়েংদগী অনৌবা কুমজাগী চহী হৌবা মুমিৎনি, ঙসি নযুম লাইযিংথৌ সনামহিদা কুমগী অনৌ-অপেন বচ্চরো হায়না লাউনখিববু চৈ পায়তুনা লাউই হাযবগী চৈবাউবা কৌনখ্রিবা। মসিমক্তা জাতি অসিগী চংনবী কৃষ্টী অমগী লামায হাংলম্বা ইনিংথৌনি।

অমুম্মা জাতিসিগী মপা ওইবা ইনিংথৌ অসিবু পোকপীবগী মৈতৈ লৈমা অসিনা তাইবং পুনসিগী চেঙজেল মতোল লোমগ্রবদা লুরা শলাইগী ময়েংবম শাগৈগী মীওইশিংনা চীঙুলক্তা তিনগ্রবী, শাগৈ ঐথোয়গী ইবেনখৈ অচুম্বী লৈমরেন্নি খঞ্জবনা মরম ওইতুনা ইবেনখৌ যাওরৈবা চমুবু ময়েংবম লাইবেম্বী য়ুমজাউ লৈমদা তিনগ্রবীনি হাযনা খুবম যাজতুনা ঙসি ফাওবা কুনগী অনৌ অপেন কতুনা অপোকপী ওইবগী খুকম খাজংনরি। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরিবা উমংলাই পুম্নমক্তী লাইশিং লাইকোক চন্দুনা শীংথানরি।

---

# উমং লাই খুন্থোক
## ( হান্নগী মথা )

থুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

১২৩। কোংবা খুন্দা:—য়ুহাবা, য়ুহাবী লাই অনি অসি লৈ।

১২৪। বামোন কম্পুদা:—পুরৈরোম্বা অমা লৈ।

১২৫। বামোন কম্পু খুন্দা—কালিকা, পুরৈরোম্বা লাই অনি অসি লৈ।

১২৬। কৈবাউ খুন্দা— নোংপোক নিংথৌ পান্থোইবী লাই অসি অসি লৈ।

১২৭। কৈরাউ বাংখেম খুন্দা—নোংমাই লৈমা, নোংপোক নিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

১২৮। লংতুম খুন্দা—লংতু লাকপা, পান্থোইবী, নোংপোক নিংথৌ লাই অহুম অসি লৈ।

১২৯—উরুপ খুন্দা—পান্থোইবী, নোংপোক নিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

১৩০। আরাপ্তি খুন্দা—ঈবৈমা, লাইনিংথৌ, লাই অনি অসি লৈ।

১৩১। আয়াপ্তি তুরেল মাংমদা—পুরৈরোম্বা, চীংবা লৈমা লাই অনি অসি লৈ।

১৩২। কিয়ামগৈ ( অবাং লৈকাই ) খুন্দা—থাংগেম্বা, খুললৈমা লাই অনি লৈ।

১৩৩। কিয়ামগৈ ( মথা লৈকাই ) খুন্দা—নোংয়াম ভম্বা, পান্থোইবী লাই অনি লৈ।

১৩৪। নাউরেম লৈকাই খুন্দা—লাইনিংথৌ, লাইরেম্মা লাই অনি অসি লৈ।

১৩৫। হুইদ্রোম লৈকাই খুন্দা--ককবা লাইরেম্মা, লালোই অথোবা লাই অনি অসি লৈ।

১৩৬। ককৱা সোরোক থাইবম লৈকাইদা—ফৌওইবী, অকোংজাম্বা অনি লৈ।

১৪৭। ওইনাম থিংঙেল খুন্দা—ঈরৈম, থাবা চাউবা লাই অনি অসি লৈ।

১৩৮। লৈশাংথেম লৈকাইদা—লৈশাংথেম লাইরেম্মা লৈ।

১৩৯। শীংজমৈ শরাংথেম লৈকাইদা—শরাংথেম লহৈরেম্মা লৈ।

১৪০। থোংঙাম লৈকাইদা—পাঙ্গনবা, খুনলৈমা লাই অনি অসি লৈ।

১৪১। চীংঙা মথাদা—লুবাং নিংথৌ, লুবাং লৈমা, পোইরৈতোন, লৈনাউতাবী লাই মরি অসিনি।

১৪২। চীংঙা মথাদা—চিংঙাথম য়ুমজাউ লাইরেম্মা, লাইনিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

১৪৩। চীংঙামথাদা—ইরোম লাইবেম্মা অহুম লৈ।

১৪৪। চনম পুথ্রি মপান্দা—ইরোম লাইরেম্মা অমা লৈ।

১৪৫। ককবা পুংদা—মোইরাংপোকপা লৈ।

১৪৬। য়াইস্কুলদা চীংঙাদা—চীংঙা লাইরেম্মা লৈ।

১৪৭। পিশুমদা—পিশুম লাইরেম্মা লৈ।

১৪৮। থোকচোম লৈকাইদা—মোইরাংপোকপা লৈ।

১৪৯। য়ুম্নাম লৈকাই ওয়নাম লৈরক্তা—লাইরেম্মা অমা লৈ।

১৫০। য়ুম্নাম লৈকাইদা—য়ুমজাউ লাইরেম্মা, লাইনিংথৌ লাই অনি লৈ।

১৫১। মোইরাংখোমদা—চিংঙাথম লাইরেম্মা লৈ।

১৫২। মোইরাংখোমদা—লোকলাউ লৈমা লৈ।

১৫৩। মোইরাংখোমদা—পুংদাইবা; পুংথোনবী লাই অনি অসি লৈ।

১৫৪। কৈশ্যামথোং লোংজম লৈকাইদা—লোংজম লাইরেম্মা, নোংনিংথৌ লাই অনি লৈ।

১৫৫। হোদাম লৈকাইদা—হোদাম লাইরেম্ম, লাইনিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

১৫৬। এলাংবম লৈকাইদা—পাঙ্গনবা, লাইরেম্মা লাই অনি অসি লৈ।

১৫৭। থিঙোম লৈরক্তা—থিঙোম লাইরেম্মা, লাইনিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

১৫৮। পিক্কুম ওইনাম লৈকাইদা—ওইনাম লাইরেম্মা, লাইনিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

# সনামহি লাইহুই

—এল,অশোক কুমার

হৃরি হয়াহে হে খোইমোম লাইয়িংথৌ কোলথৈ অতামপা শোং-লেন অথাপপা খোইয়ম লাইমায়েক য়েকহৌ খোইয়া মরিকি লংজুং ময়েকশী য়াইপী য়েকহৌকি হুপলা মাপালকী হারা মরুকী কোরৌ নোংখৌ বাংপল মিকাশা নোংখি কোঙয়াঙ মীচৈগু লোকলৌ পললাং মীনমথাঙ খোঙলেন মীপালবাও। য়িললুম মীরথুপ-থরায় আপকমাকী য়াইপী মীরেল তোংনা অয়ুক ঙন্না কোনথোকপা হুমিতাং থেংনা কোললেপা কোরৌ নোংলৈতারিবৈঙ মালেম তমপা লৈতারিঙ নুমীৎ থা থাবানপীচাক খোংচোমহুপী সচীক থাপা ঝোকপুরোই তাউহুইবেং শাবা তোংলেং পুমনা পালতারিবৈ মালেম তমপা লৈতারিঙ মাললং তোংলেঙ মাতা কীবলা বাইচেকতা লাইচা য়িকম তাউনা মুঙকা শাকাং লৈতারিঙতাপু অতিয়া তারঙথক তারঙ লাইচা য়িরোইনপাতা খোইয়ম য়াবা মাথালচেল লাংপল খোইমু খোইতানানা সেকমোম কাইবী লীপু পরিং লাংসং য়াতারিবৈ অতিংঙা ঙমথৈ পালতম লৈতাপাপু লাঙৈকুম শীঙলীঙমতনা নোং-লেনখিরাপাতা লাংবোন ঙমথৈ মতমকী অতিংঙা মতৌ রোম্পাকপনা য়াইপী ভেলশিলনা শাব উংলৈ মফম তাউয়েংতারিবৈ ওয়তারিবৈ পালতম নাইতা খোইরা লীংৌ থঙতানা অতিংঙা উংলৈ লৈচিকপা য়াইপী পীপুক য়াকোল হুংকা লাংপল খোইমু চৈরোয়নারকপাতা পচেঙ নোংথাং কুপকুম অতিংঙা উংলৈ মাখোঙ লৈমা হাং মাললং চৈরোয়নানা য়ায়া খোলনাই হাবলকপা কীকলা বাইফেল চল লাইচা য়িকম তাউনা য়ালেম লৈশেমপা কোরৌ নোংহেনমপা চীঙগু য়াইপী

ক্ষমচাউবা কোরৌ অথুপপা য়াঙপল অফলপা হে খোইমোম লাইয়িংথৌ চীঙঙু য়াইপী অঙনপা চীঙঙু নাবাক মা-মুংঙনপাপু কোরৌ লেং-লোয়না বাংপল লেংতিলনানা য়োয়পু খায়োয় নীঙথী পীপু য়িংনমিং খোংকুম চেনাকাপা খোইমোম নাবাক মানু.য়োনপপু লাইপা নাহা উঙমথাপা কুমতৈ নাথাকাপা হে খোইমোম লাইয়িংথৌ খোইয়ম নাক্কমপী লুমনাপাতি সেলোয় নামুংপা লংমায় নামুংপা লংমাই অপুপা চন্থু য়োয়পু কাচেঙ নোং থাঙলৈমা কোরৌ অকুপপা য়াঙপল অরংপাত্তা থৌথাপী থাঙলেল নাইকুপ চেলপী কাচেঙ নিংথৌ কনপী মৈরা কানিকনাপী থৌপী লাইচা য়িশিং কানকনাপী পুরুমনাপা লাইয়িংথৌ খোইয়ম নাপারী চীঙঙু লৈশং খোংবাংপা চোয়নৌ সনা য়াপীহলপু পারিনাপা লাইয়িংথৌ চীঙঙু নাঙায়রোয় লোয়নারিপাতি লৈপু নোংপু খোলপা অকন-অয়াকপা অকোয় অসাউপা শকউ শাউতাপপু লোয়নরিপা লাইয়িংথৌ চীঙঙু নারি লিতিননাপাতি মাললং নোংপোক কমমোইপা লৈমল খোঙকাউনাপ থমকোন থুনেৎনাপা কাউরেল ঙৌপা মুংচোংপা মালপী য়িমচোংপা লংমাই খুচুম মচুমসন সেলোয় য়িমথাঙলান কোঙয়াঙ থাতোনা লামনা চাকতাবা কাংনা কোরৌ নোংমতোলকী তোংচেং কায়নৌ থয়ানপিচাকপু কাওরেল মনিংশানা চাকয়ায়পা কাও। মালপী য়িমচোংপানা কোরৌ মুনিং মানা তাকনা শকচীক লি লাইচা য়িরিক লাইশেং খোইপাতি য়িপু য়িয়োংপাতা তুপী অঙনপা লাইরেল অরেমপানা শলকল ঙমপাত্তা তুবি চীনকোয় য়াকাং মুংতা পুমনা য়োংসিলথিরাপাপু কাওরেল মচী হেঙায় হায়তুমনাপানা লাইরেল থমুং থিংনা লোইতাম থানিং থৌকুম ঙৌতুম ঙৌনা খোইমোম লাইহুৎ থৌপা কাওরেল শলমি মাশারোল থিঙমতাপাপু তাউচীং হৈক্রু হৈপালমাকী হৈরাঙ কামনা হেকনা কাওরেল শলপানানা শলথিলপাপু তাউচীং হৈনা বাংএ কাওরেল শলমা থোইএ। লমলেল ঙাংলৌ হাওকম কাইকি শীনাং নেমপী লমপাক থলপাকা

শীঙপাননা কাওরেল শলথীপাপু নেমপী শীঙনা ঝাংএ। কাওরেল শলনা থোইএ। কাওরেল শরোন মতিক খঙঙমতাপা মালপী য়িমচোংপাপু শমু খোঙঙোইননা ভীমেল তারেঙ স্থপা-সনা লৈথাম তোল লোঙচিলপা তাঙচা ফুকৈরেমপা শমলাং হকশাং হাপ কোরৌ নোংখাকোয় মাললেম লৈখা কোযপা অতিং নামশাং শীংনা লোই-তাম থাচা পাথংপাপু লাইপক খেললাই তোমখিলনানা পোকলেল লুক্ম হেনপা মালেম চীথেক ৪ মা মায়কৈ ৮ মা শঙখাই ৬১ মাকী অচং-অরেপ পুন্নমাকী চারা নোংতম মাশিঙ শুনা নাওয়োকপা থাবায় মিশি হু অমৌপাপু লাইচা মাশুং তমনা থময়োংনাপা লাইয়িংথৌ য়োয়পু তমপা মশানৌ তুপী ভাঙয়েক চনু তংকানুপী পুইদিংবাক লুমনাপা নোংচুপ মৈরা পোলচেমপী পুচালনাপা অঙৌপা কোরৌ খোংচোমপা লংমাই কায়নৌ চীংশোনপা চীঙলেল শোমপা নিংথৌ শেললোয় অরুলা পানপা কৈশাপা মাললং নো পোক হুমবোইপাপু খোইয়ম মারী লীতিলনপা লাইয়িংথৌ থেতু তুকুমপাপু অরেপপা চেঙচা তুকুমপাপু অয়িংপা লাইচা য়িংলপুঙ য়িশিং তমলেল চাও কুমপা লাইচা য়িনৈ হুইথাপা খনকোল খিবাই বোঙতাপা কোলয়া নামশং শিংতাপা লাইচা য়িনুংহক থঙফেন য়িপোম চাওকুমপা চক-মোম খালপী মৈ নীকুমস্থঙ চকমোম খামপী নীকুমস্থঙ চকমোম অচৌ মহি খামপী মৈথাঙ চিতাপা চকমোম মৈনোং খোংকুমপা হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ কোরৌ অতোংপাপু লেংতিলনানা ঝাঙপল অয়েংপা খোইয়ম য়াইপী য়েক হৌকি শিতাপা মাপাল থাপা নাত্তাপা মবু লিংপা পুলসি য়িবালৈ অবাং শরু লুতোং লৈপু শমু খুংতা থুমপা লাইপক খেললাই য়িপা মুমমৈ নারিল শোলপা তাইপঙ অথেল অঙল নোংতমপা চীঙঙু শলথোঙয়েনপু য়েনলুংপা চকখাপা চীঙমৈ শাং মরিন শলথোঙ চীঙতা পালপায়েন অথোম শীঙবোন য়েনপু য়েনলুংপা নারাপাস্থঙ শিতাপা য়েন হৌচিক শিরাপাস্থঙ

হৌরেল হিংপা য়েন হিং হিং তাইমল য়েল অথোম শিকয়োন য়েনপু য়েনলুংপা। লাইয়িংথৌ খোইয়ম খোয়মা তোলকুমপা ও খোযমা লিরেল তোল লিরেল য়াইথমপোক য়াইবি শাঙতোলমোম বৌপুই শললাংই থারী মঙচুমপানা খোমলেল মঙনা ফাউপা লি, কে কে পুরেল অহোং-পা মাপারি মোইরাং থমপা লাইরাপা তাললোয মরুম মুফাহৈ নোংপাল লোলমৈ চৈরৈমা নোংমোইমু অহোঙপী যাকা হৈ মুংপাল অসাং-পামপা চৈকময়াঙ লোয়য়া থৌ থৌ লি তি শিং নাওশং লি হাউচোং কোমপা খোইচকপা চকপা মাশেমতোংবু উকাপানা চুমপা মায়েক য়েঙনা শুপা মাতোল ২না পুঙপা লিকুমপা য়িরোক পাযনপা চীং-শাং নানমপা লিরেল শলকল নাইতাপা মালেম লৈপুযন কোরৌ নোংপু লুমনা পালফাপা শরেন য়াইথম পোঙকুমপা লায়নিংথৌ লোইতাম থাচা পাখংপা কুমচা মাংরুপা আইতে পাযেংমৈ হুইবু মপোপ চাও তিংকোয় মানারেবনাপা তাউহুইবৈং অহলপাবী থাচা থাপুক থায়না ফমপা মাললেম চীথেক ৪মাতা থানলৈ লৌকোই য়িলকুম থালনাপা য়াইপী থরায় মীরেল হাঙতানা কাচেঙ থাঙকোক তুকুমপাপু চাচন হৌনরকপা লাইয়িংথৌ মাললেম তমপাক লৈরিং হৌরকপা লাইয়িংথৌ য়িরেংপু পাললোল খুতীঙ পাললকপ খমলাংপা পালোল খুতীঙপু ওলকপা লাইয়িংথৌ য়াংপী লুরোয় ফেলতা শাবা পাফন কিনথাতাপা চীঙচু অচাউ পায়পুরোনপা অশাং লমপু ফাপা হে খোইয়ম লাইযিংথৌ মাললে তমপাক লৈরিং হৌবকঙৈগী য়িরেংপু 'পাললোল খুতিঙ পাললকপা খমলাংপা পাললোল খুতীঙ ওঙলকপা লাইয়িংথৌ য়াঙপী—লুরোযকেলতা শাবা পাযন কিনথাতাপা চীঙচু অচৌ পায়পুবোনপা অশাং লমপু ফাপা হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ ফানলৌ লাইমা খোম্বা নঙকা য়োয়পু, তমপা নশানৌ শেলজোয় চীংনিংথোপা চাহু লমাই সনা চীংচয়োয়পী কাচেং নোংথাং লৈমা থাঙলেল হাইকুপ চেলপী বায়রৌ শারৈমা শাকুপি হুয়েন লাললৈমা ললকুপী—তমপা মৈপী হানতোংলী মৈরেল তোমশাংনাপী—য়োয়পু

ফাচেং নোংথাং লৈমকা খোইয়ম লাইয়িংথৌ চাওঙ্ যাইপী ফমচাউপা ফালদৌ লাইমা খোমপা নঙনা মুমিৎ ২ থোক থাপা ২ পালকুমপা ছুমিৎ নাশোংচাউ থাপা মাঙাল নাইনাফম অনিভা নোংভা খোইয়ম সনা নখোঙ থা ঙাংদৌ সনা য়োইথমপাল থমপাল লৈখোঙখাভা তাইয়ম চীনকোয়—য়িবাকমানা মালপী খুতপনা মুকমু লৈতোলকোন মেলনাং তনপা কাউপী চীকারুকনা পুরুমচারকপানে হে খোইমোম লাইনিংথৌ অরাং ফানদৌ লাইমাখোমপা নঙকী য়াইথং নাশানম ওনথোকপা তপতা সনা ঙৈথোম নীংথিপা পাতাং য়োরাই মেলচুনাপা থাকয়ৈ নাহিরমপ্ হোলঙমতে তোংচেং থমনৌ লৈয়াংপাপ্ কমপোং নাকা য়ামপ্ য়িসঙমতে হায়না খোইয়ম কোয়ৌ নাপীতোলনা চীঙঙ্ রাংপা থীঙদৌ নীকপীকুনো যিম্‌বমনা পারি পূবি মখোই ·মচন্তে মেলনাংখোই হাউপা মেলতাং শাংকুমপাপ্ তাইতুম তাইনা চীঙঙ্ সনা থাপু পুরুমচাপানে। নাতাইরেম য়িবাকমনা চীঙঙ্ নয়লকু খোইয়ম নথৌচালপু মুকম লৈতোল তোংপীরো লাংনম নাসানৌ লাঙহ য়াইহৈপীনা হৈপা শেল ৭ খোয়তোকপা রাংলেন সাসমপাপু খুঙ্গংরোন শংশঙথোকপা শেলকুমপাপ্ ললকুমিও। খোইয়ম লাই-নিংথৌ য়াইবি হানতোংপা মৈরেল তোমশাংনপা পুঙ্গং অচৌ মৈকুমপা নঙনা নপোইরৈ তানথোঙ ময়ুং কুইপা নারাং ঙমলেম থোঙফৈ পাকপা য়িরেন নাউশংথু শেকমোম নাওশঙ্ কায়না য়ুমোই থংচু নাউশংথু শাংনা পুঙ মোইতং নীংথিপা ফুইনাফম পোইরৈ কাচেং থাঙখোক মাতাং থাংঙম তিলমেল তা মাইকুইনা পালপা পুঙ অসিতা তেংনৌ চিতাই নাইতা মাললেম পাংশোয় নীকলহলোই হায়না পীথ্রাইপি শেমখুং শাকুমলাপু শেমপীহৌরকপা খোংত্রাইবি ছুয়ৌ লিংকুমপাপু লিংপী হৌরকপা নঙনা চীঙঙ্ নাপোক শঙশঙ ফাউনা সনা পাললুক ওইনা 'পোইরৈ লৈপাক ঙাকপীকে হায়পাকী' য়োয়মায়াই তাউতলপা ময়িম কাক অজালপা মায়িনফম হুমীং সনা পুমকোয় মহুম নাক হুংকী

চোয়নৌ সনা য়িহুলধারকপা। তুবি য়োই নোংতা নোংতা লাইরেল পাখং পানা অবাঙ হুলচীঙ চীঙখৈয়িলপা। চীঙথাঙ য়াওরোঙফাল মৈপুম ছাইচাউ থালনা চোয়নৌ সনা পোমপা খায়না য়িললেলখালনা কোয়ৌ নোংখিল পপোক খুলতাপুঙ নোংথৌ সর রেল আসপা। ওমা লৈয়াই ঙুংতা মারাল হালনা য়িতমপা। ৩ মানা চাযপী পুঙ চায়বী খুলতা পুঙ চীঙখোং পোইরৈত্তোন খুমু যুচাখ' চখা অবিপনা পুংথিরকপ পুঙ লৈমা লৈনাউতাবী পুঙ খঙপুঙ অসিতা অবাং ফাংলৌ লাইমা খোমপা নঙনা সনা পললুক ওইনা ঙাকপীকে হায়পগী চীঙঙু নাপোক শংশঙ কাউনা লৈবাপাতা লাইরেলনাপা মৈতেংঙু লীকলাই নোংখৌরেল শেলপী খাকেমপা হাউয়েল পামাতুয়া য়া কোইপা মাঙশঙ ফমহাউপা য়াংকোই পাত্তোমপা শোযশেলবাই খুবোয় পাথিংপা কোল হাউয়েল য়াংকোই য়িতা থোংনাং লালফা মাঙপাকী লীকলাই মপারিপু ওইনা শাওললকপা লাইযিংথৌ নাপল য়োয়পু মৈতেরৈমা অঙৌপা চানু চকপা মঙশা-ঙনপী হুইযেল খেললো ঃ পাফাবী কোয়ৌ নোংখিল চায়পী; মাপা মশেলসোয় চীঙপু সৈওনবী রূপল শেনোয়চীং লংমাই লংপা। চীংমাংনা নোংপাল লোহখোং বারোয়চীং সেলোয় য়ুমতা বোকতা ঙুংঙো সনা কৈরাক খিলনা খুলকুম নিংথৌ লীক লাই পুরৈরোমপা। মনোংয়াই মাপাম অঙৌপা য়াওরৌ লাল চায় য়িলমখায় লৌথাং চাফা নাযিমত্তা খোয়রেনবাবী তমপা। পায়ম সনা উকোইনুং য়োইমায়ায় লাইবেল তাউতনপা য়াও.ফম। মশাপী লোয়তাম থাচা পাখংপা য়াতাফমতা পুললাংপী পীপুকঙকী থাচা য়িমি উপা। তুকুমপাপু য়োয়পু সনা উনকোয়নু তা চীঙঙু খোংতম চঙলকপা লাইয়িংথৌ লাইরেলনাপা মৈতেংঙুকী খোমলেল মঙলালচালতা চীঙঙু কোলোয় নত্তিমেলকী বাফাউতানা নানোং অনি শীঙশুনা খামবী তৌকোল চঙখোল লাপাতা তুবী য়োই নোংতা নোংতা লাইরেল পাখংপা খায়ি লাইয়ি শোলনা লুক কোয়ি সাম্না

লুক মোইকায় কৈথিং লুক লু লীকক্লোন য়াওচির লুক মেল্লখু মা-শিঙশু য়াইথু মক্ষম ক্ষানা লুকতা পানোং য়াইনং কোল্লথংপা চাতা ললকুফি হৈবেম পুকক্ষ চাক অরিপা লেমলৈ ঙাক্কয় মালাপ্পানা চৈরে ফিরক চঙনা চেনমিল ফি পানপা শাতা কৈরোন ফিক্তা খোইয়ম ক্রোলোয় মিংয়া ক্ষাপা মুনাং ফিশোলতা কোললোয় মিংহুন থাপাগ্রু লৃথুম তাকাযুং তালথোঙ খোঙথুম থা লীকলম পায়েং কোয়না লাই-রেলনাপা মৈতেঙ্না কোললোয় মীংহুন পীকে হায়পাকী লমলেল মাহৌ ফাইপোক চৌঙতা থাপা শীং য়োয়পু খোইমোম লাইরেমমা লৈরেপ শেমবী কোলক্ষম তাউপী য়োয়পু চাংজৌ মখুৎফাং ৫ মানা ওইথি শীংপু লুরাংলোয়না য়াউশা তালপাতা পিথৎ শীং ফোইচীঙ কাঙপা চম্ন চাকশা মুপীনা মনান মচা লুবাং তপতি তপতাইপাপু ছায়নিঙ শেলমোই য়াম ঙাওখীঙ শোলতম হকএ। শিরাশুনো হায়না য়াইনা পাপু সোইতাম থারেঙ অনৌ অনৌপা শিংনাররুপা শীং হাউমন য়েংওয় খোমফাপানা লাইরেলনাপা মৈতেংঙ্না ঙাই-রোং শিংপানখায়না লৈপুং মাইপী লীরি লাফোংপী মুচা অমা-হানপীনা ঙাইরোং শিংথায় পায় খাপী লংপী লেপ অশৈ য়িরাল পোংপৈলেমনা চীঙঙু লাইফঙথো খোইয়ম অপকমাকী কোলেলোয় মীংলেন লৌনা মীংছুনপাপু মীংচানাতে অরাং ফাললৌ লাইমাকোল মীরা পোংখোকলম শুইরি শামৈথাং তোললৌ লমতাই থেংনা লাইরেল তাওয়োইনাই য়াঙপী সিতাপাকা তুপী য়োই নোংতা নোংতা লাই-রেল পাথংপাকা চীঙঙু ২ লীয়েংনায়া খোইম্মা মরি শিলথারকপা লীকলাই সনা মিংলামথাম অহানপা অরাং ফাংলৌ লাইমাখোমপা সনা মমিংলেনপু মৈনা বারনা কোলেলোয় মিংহুন থারোপ্রতি হাওমল কেংলাতা ঙাইরোং লৌনা খীংথায় পোংনা য়ারে। অতু মোংকীপু অরাং ফাংলৌ লাইমা খোমপা তৌনা কোএ হায়তা প্যুরা। হে খোইমোম লাইরিংথো চীঙঙু য়াইপী শিতাপা লঙকী খোইয়ম অরুপ লুপনা

হৈ চীঙঙ্ লাইফঙথৌ পুমনামা খোইয়ম হেললোয় লেংতিলনানা মাললেম লৈশেম মানরকপা পোইরৈ কংলৈ তাউমানারকপা খোইয়ম লাইয়িংথৌ নঙকা সনা হবচাং অমত্তা ওইমনানা তুবি ঙৌনা বোনঙৈ বোনমানা লাঈরেল ঙাঙনা বোনঙৈ বোনমানাপা তুপি কোলমানা লাইরেল ঙাঙনা তীংমানানা মাললেম খোমসি লিকুম শিমানা য়োইমায়াই লাইবেল তাউতনপা মুমীং খোংখৈ মুং-চাউপানা চীঙঙ্ মাথিঙ লাইরেল পাকা লিতিলনানা তুপি মায়েক তমপা কোলতমপা লাইরেল য়াঙলী তীংনা ওনমানাপা থাপী শেল-কোয়রেঙতাকী সনা তোলনিংথৌ কোরৌ নোংনিংথৌ নাপিঙঙাপু চোয়নৌ সনা ক্বাকোককুম সবা খুমথাং হীকথোকনাতাপা লাশচা তারঙ য়িপাকথকতাকী তারঙ পাংশোয় নীকতাপা কোরৌ নোং-মতোনকী ঙালতু চৈমালনাপা মাললেম তনপা লৈমা য়োনতাকী চীঙলিংহলপা ২ মা শোয়নাতা থাপী পিপুকনুংতাকী থাকপা পেংশা-রাউপা শানকোংমানারকপা চোয়নৌ সনা য়োয়থমপালকুম থমপাল লৈছন ফাওমানারকপা লাংকোই খোইশা য়াকুম থোকমানারকপা বুনৌ কোনতে কোলনা হুলমানারকপাপু শোইরেল লৈফাউমানারকপা চীঙঙ্ থাকপা য়োয়বেলপা লাইপাখং খোইয়ম মৈপী হালতোংপা কোরৌ অকুপপা বাঙপল অরংপা খোইয়ম নীপিঙঙানা কোরৌ নোংপু ওই মাললেম লৈপু ওইনা লাইচা য়িরিক হৌ মৈপী হালতোং শাং মলনানা হুমলেল শীংমিলননা থাপী শেলকোয়রেঙ লোইতাম থা-নিংথৌপু থাপা কোলোননানা চোয়নৌ সনা য়িহুলথারকপাপু শোয়-নাতাপা পোইরৈ লৈপাক ঙাকমানারকপা লাইয়িংথৌ খোইয়ুম নারুপ লুপানা হৈ চোয়নৌ সনা য়িহুল হৌপা খোইয়ম লাইয়িংথৌ। বোংচা-চীঙমাপা বোকলেল অপকমানা য়াকানাপা লাইরেল অপকমানা পোং-পৈনাপা চীঙথোঙ পোইরৈতোননা বায়েল থৌতা তমতারিঙৈতা মানা হায়তনা বায়েল থৌতা তমপা লাংকোই শাকোল অপাইপতি পাইথি-

কানো হায়তানা মাশা মরেং ককনা ঘায়েল থোথা তমপীপা। য়াইরৌ শামভেং অতেংপা মুঙখান তোন নালশাপু নামু পোংপাচাকা মালনা কানে হায়না চীরেল কোকথোংননা য়ারেল থারুকনা পালপা য়েকতমনা কৈরেল য়াতমনানা পালকন অথৌ চঙ নমু পোংলৌ চঙ পালকন মাথৌ তনপা ১০ তোংমু লীকশি খারোন য়াইরেল য়াইফৌ চাজাক চাহাউ য়াঙলীস্নুনলিবী॥ মথং মথং

## অরেংবগী খোঙ্জদগীঃ— পুয়াঃ—

পুয়া—পুয়া হায়না বাহৈ অসিবু থুগাইহুনা য়েংবদা 'পু' হায়বা অমগা 'য়া' হায়বা অমগা খোম্লোক অনিসি ফংই। পু+য়া—পুয়া। 'পু' হায়বা অসিগী মমাংদা 'ই' অমদি 'ম' হায়বা ময়েক অনি অসি মথং মনাও নাইনা তপশিল্লবদি ই+পু=ইপু, ম+পু= মপু হায়বা বাহৈ অনি অসি থোকই। বাহৈ অনিমক্কী অর্থদি করিগুম্বা পোং অমগী মপু ওইবা থঙৈ।

ইপানা, ইপনুনা মৈনা রাইনা তাংনা শন্না য়ানহুনা চংনরক্লবা অমদি শিজিন্নরক্লবা ইহুনা পঙবা সাহিত্য মখল অমবু পুয়া কৌই। খুদম ওইনা পনবা তারবদা লাংওল লংদাই পুয়া। পুয়া হায়বসি তুংদা পোক্লগদবা থৌরম কয়াবু ইহুনা থম্বা সাহিত্য মখল অমনি। অসি গুম্বা মখল অসি নত্তবশিংদি পুয়া কৌদে। মাগী তোঙান তোঙানবা মমিং তোপনা তোপনা থোন্দুনা অতুম থমই। খুদম থরদং পীজরি। মহুদিঃ—১। পম্বোংবী খোঙ্গুল ২। মুমিং কপ্পা ৩। পোইরৈতোন খুম্বোক ৪। লৈথক লৈখারোল ৫। থারোল ৬। লুবাংলোন খোঙ্গুল ৭। থাংবাইরোল ৮। মোইরাং কংলৈরোল ৯। নিংথৌরোল লম্বুবা ১০। পাখংবা নোঙ্গারোল ১১। খেবরোল ১২। খুমুংলোন ১৩। থিরেল ১৪। চীঙলোল ১৫। খোংজোমম্বুবী নোঙ্গারোল অসিনচিংবা।

হৌজিক্কী মতমদদি মৈতৈ ময়েক্কা ইহুনা থম্মা সাহিত্য পুম্নমকপু পুয়া ওইনা পাক্লা চাওনা লৌনরে।




ইম্ফাল, মনিপুর।

হিরম:—শরুাইবশিংগী পুন্সিবারী ফোংনবা পীবিররুবা হায়জবা।

ইকাই খুম্নরবা/বী,

অদোমগী মফমদা মোল্লুক্লানিংশিংজরি। মথাদা উরিবা রিসর্চ-এসোসিয়েশন অসিনা মনিপুরগী কলাকারশিং সমাজ সেবা তৌবিব-শিংগী পুন্সি বারী খোমজিন্দুনা মথং মথং ফোংজরি। ———
শরুাইবশিংবশিংগী পুন্সি বারী ফোংবদা অদোমগীসু হাপনবা ইবিজনা তাং————ইং কাওবগী মমুংদা মথাগী এসোসিয়েশনদা থাবিরক নিংশিংজরি। মওং খবা মথাদা উৎচরি:—

১। পোকপা ইংশোক:—

২। অপোকপা/অপোকপীগী মমিং:—

৩। :—ইচিল ইনাও মশীং:—

৪। লৈফম পোক্লফম লমদম : -

৫। শিক্ষা কলবিদ্যা, অতৈবিদ্যাশিং:—

৬। গুরু/সেবকী মমিং লৈফম:—

৭। য়ুমপানবা মতম (মপুরোইবা/মনাইমুপীগী মমিং, মচানশিং):—

৮। শিনক্রম/ থবক তৌবা হৌখিবা মতম

৯। অফোংবা লাইরিকশিং (লাইরিক মমিং অমদি হিরম—

১০। মনা মথুম কংখিবা হিরম ১মদি ইংশোক—

১১। সমাজ সেবা

১২। লমকোইরবা মফম মতম:—

১৩। ময়াম্মা শরুখংবিরিবা হিরম:—

পাসপোর্ট সাইজগী ফোটো কপি ২ দান তৌবিয়রক্‌।

খুমেম চন্দ্রশেখর সিংহ, জেনেরলসেক্রেটরী

মৈতৈ মরেক অর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েশন-মনিপুর

H. O. উরিপোক বাওরেমথোং ইম্ফাল।

## পাবিয়ু ! নৈনবিয়ু !! খৎনবিয়ু !!!

### অইবগী ফোংলবা লাইরিকশিং:—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১ । | কিদম শৈরেং | মঙ্গল | লুপা | ৫.০০ |
| ২ । | লোয়নম্বা শিনয়েন | ,, | ,, | ৫'০০ |
| ৩ । | মনিপুরী কলাকার (১বা) | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৪ । | ,, ,, (২বা) | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৫ । | ,, ,, (৩বা) | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৬ । | শক্লাইবশিংগী পুন্সিবারী (৪বা) | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৭ । | অরোং নন্দকুমার | | ,, | ১০'০০ |
| ৮ । | লাই হরাউবা লাইশোল | | ,, | ৭'০০ |

### থুনা ফোংলগদবশিং :—

৯ । শক্লাইবশিংগী পুন্সিবারী (৫বা) ,, ১০.০০

১০ । ইরাং লাইশোল

১১ । কিদম থারেং

১২ । জ্যোতিষ প্রদীপ

১৩ । পুন্সি লমজিং লাইরিক ( বাইওগ্রাফি )

১৪ । মৈতৈ পাউরো ।

১৫ । একাঙ্কী সাহিত্য

১৬ । মোইরাং কংলৈরোন লম্বুবা

ফংকম :—

থুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

সেক্রেটরী

৩য় মনিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটি, উরিপোক নাউরেমথোং ।

---

সুকমনি প্রেস, উরিপোক ইফাজদা কমিটিগী মহুৎ শিন্দুনা
সম্পা.ৱকা নৱাগা ফোংদোকচনবনি । কপী মশীং ৫০০ ।